# লোইনাইদ্রবা রারী





ডাঃ যামিনী দেবী

**Coinaidraba Waree**

*a collection of eleven Manipuri short stories*
*by Dr. Jamini Devi and published for Writers Forum, Imphal*
*Rupmahal Tank, B.T. Road, Imphal - 795 001.*


ফোঙবা ঃ রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক্তা রাই প্রবিনা পব্লিকেসন্স
সগোলবন্দ, পুখ্রম্বম লৈরক, ইম্ফালনা ফোঙবা

অহানবা ফোঙবা ঃ নবেম্বর, ১৯৯৯

কপী মশী ঃ ১০০০

মমল ঃ লুপা ৫০/-

নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১



স্বরঞ্জিতা/রাইপ্রবীনা

(ফেব্রুবারী ১৬, ১৯৬৩ — এপ্রিল ৩, ১৯৬৯)

অমত্তা পোকচবী ইচানুপী রঞ্জুদা

নীংশিং খূদোল ওইনা তমলি

ইমাগী "লোইনাইদ্রবা বারী" সে

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

**১৯৮৮ গী** সেপ্টেম্বর থাদা লিংখৎখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল ঙসিদি চহী তরামাথোই শুরক্লে। ফোরম অসিগী মরুওইবা পান্দমদি মেম্বরশিংনা লাইরিক ফোঙজবা ঙমহনবনি। মরমদি অইবশিংগী ওইনদি সাহিত্যগী মায়কৈদগী য়েংবদা লাইরিক অমা পুথোকপা হায়বসি অচৌবা পোৎলুম অমা ওইরিবনি। লেপ্তুনা চথরক্লিবা লাইরিক পুথোকপগী থৌরম অসিগী মখাদা হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ৫১ শুখরে। হন্দক্কী ডাঃ চোংথাম যামিনী দেবীগী ৱারীমচাগী অসিনা ৫২ শুবনি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলুরবদি রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী পান্দমশিংগী মনুংদা অমা ফাওবদি মায় পাক্লা চথরি হায়বদা চিংননীংঙাই লৈত্রে।

ফোরম অসিগী পান্দমদি লাইরিক ফোঙবা খক্তনা লোইদ্রি। মেম্বর-শিংগী হোৎনজমন্না সাহিত্য অকাদমী, নিয়ু দিল্লীনা শকখঙলবা সংস্থান অসিনা ১৯৯০ দগী হৌদুনা সাহিত্যগী পাউ কৌবা থা ৩/৩ গী ব্যুলেটিন অমা লেপ্তুনা পুথোরক্লি। অনৌবা শক্তম অমা পীনবসু হোৎনজরি। ব্যুলেটিন অসিনা য়ারিবমখৈ মীয়ামদা সাহিত্যগা মরী লৈনবা অনৌবা ঈ-পাউশিং য়ৌহন্নবা হোৎনজৈ। অমুকসু, মেম্বরশিংগী লাইরিক পুথোকপদা নত্তনা সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা মণিপুরী অইবশিংগী শক তাকচনবগী পান্দমদা মণিপুরী অইবশিংগী ডিরেক্তরী অমা পুথোক্লবগী থৌরাং শেম-শাবা লোইশিল্লক্লে। অদুগা "মণিপুরী টর্মিনোলোজিগী গ্লোসরী" অমগা "খনগৎলবা মণিপুরী শৈরেংশিংগী ইংরাজী অমসুং হিন্দী অনুবাদ" পুথোক্লবগী অহানবা

থৌরাংসু শেম-শাদুনা লৈরবনি। অদুনা ফোরমগী অপাম্বদি ওন্নিবমখৈ মতীক চাবা লাইরিকশিং পুথোক্লবা হোৎনবা অসিনি।

লোইশিল্লকপদা, ডা. চোংথাম যামিনী লৈবাক্লা থোইদোক্লা শকখঙনরবা এজুকেসনিষ্ট অমসুং অইনীনি। অঙাংগী সাহিত্য য়াওনা হৌজিক ফাওবদা লাইরিক কয়ামরুম পুথোকখ্রে। অতৈ সংস্থান কয়াগা খুৎশম্নদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌবগী মথক্তা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীসু প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুবিরি। মহাক্কী লোইনাইদ্রবা ৱারী হায়না মিংথোনবা ৱারীমচা তরামাথোইগী খোমজিনবা লাইরিক অসিবু খ্বাই পুন্নমক্কী মফমদা পাবিনবা লাহোকচরি।

বি. এস. রাজকুমার
জেনরেল সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল

১৯ ওক্তোবর. ১৯৯৯

# অইবীগী ৱাহৈ খরা

**"লোইনাইদ্রবা ৱারী"** সি ঐগী ৱারীমচাগী অনীশুবা লাইরিকনি। মসি সমাজগী মীয়ামদা শিন্নজরি। মণিপুরী সাহিত্যগী পাকচাওরবা লৈকোম্নুংদা ঐগী লোইনাইদ্রবা ৱারীসু লৈনম চেনবা চেন্দবা শাৎহনবীসনু নিজরি সাহিত্য লাইরেম্বীদা।

লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক রাইটর্স ফোরমনা শেন্থং পীবিবা অমসুং রিভিয়ু তৌবিদুনা অয়াবা পীবিবগীদমক ফোরমবু থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

লাইরিক অসিনা মেন্যস্ক্রিপ্ট ওইরিঙৈদা পাবিদুনা সজেসন পীবিখিবা শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহ অমসুং শ্রীচোংথাম নরেন্দ্র সিংহগী মফমদা লম্মন তোনশিল্লবনি। রাইটর্স ফোরমগী সেক্রেটরীগী থৌদাং পুবিরিবা রাজকুমার ব্রোজেন্দ্র সিংহনা প্রুফ পাবিবা, মেন্যস্ক্রিপ্ট পাবিবা অমসুং লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবগী তৌবিমল খঙবদি ৱাহৈনা ফোঙদোকপা ঙম্লরোই।

লাইরিক্কী মখুমগী লাই য়েকপিখিবা শ্রীসুধীর নাউরোইবম অমসুং নম্বগী থৌদাং লৌবিখিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইচিন ইপুৱাশিং পুন্নমক্কী তৌবীমলসু কাউজরোই। লাইরিক অসি ফোঙবগী মতাংদা শেলগী মতেং খরা পীবিরকপগীদমক মণিপুর সরকারগী এদ্যুকেসন দাইরেক্তর (এস) বুসু থাগৎচরি।

ইম্ফাল

২৭ নবেম্বর, ১৯৯৯ ডা. যামিনী দেবী

# অয়াওবা তাকপা

# শান্তি থিবা খোঙচৎ

অযুক অঙনবনি নিংথমথাগী। ইম্ফালগী জি এম হোল মমাঙদনি। বস গাড়ী তরাম্মুক হোল মমাঙদুদা পরেং ওইনা থাদুনা লৈ। গাড়ী মনাক্তা মী মরি মঙা, মরি মঙা পূন্না লেপ্তুনা ৱারী শাদুনা লৈ। নুপামচা নুপীমচা খরনা হোল মনাক্তা লৈবিবা পান দুকান্দগী লৈদুনা চারী মিঠাপট্রিগী ক্বা জরদা, মিঠাই, খরনা বুজিয়া। ইরাং খঙবা চু শুম্বদুনা মাগী চুশুম ঠেলাদু মনাক্তুদা ঈনশিল্লকই। মঙোন্দা মখোয় খরা অমদি মমায় লৈশিনখ্রে। মাগী চামবোই চামদবোই তৌবা গ্লাস অদুদা চুহিংদু মথং মথং পী। মহাক মথৌ ফনা চিল্লে।

মফমদু ঙহাক্তুদি পুমলাঙ লাওই। অমগী ৱা অমনা তাদে। মানা মানা

থোকপা তৌই চৎপা য়াও, ফম্বা য়াও। খরনা বসতা কাখৎতুনা ফমই। নহা অমনীনা ফেষ্টুন থেৎলি গাড়ীদা। ঐনা হংলুবদা খঙলে— গাড়ী ময়ামদু আসামদা চৎকদৌরিবনি। তোংলিবা মীশিং— পাখং, লৈশাবী, মৈরা পায়বী, পার্টিগী মীশিং, স্কাউট অমসুং গাইদকী নহাশিং, এন সি সি কেদেৎশিংদু নেসনেল ইন্টিগ্রেসন কেম্প য়াওবা চৎকদৌরিবনি।

চহী খরা অসিদা নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী, কাঙলূপ মশেল নুংশিননবগী, সমাজদা শান্তি পুরক্নবগী সেমিনার, কনফরেন্স, কেম্প, রেলী কয়া পাঙথোকখ্রে। অখঙ-অহৈশিংনা ফজ-ফজরবা ভাষণ পী, শাংল-শাংলবা চে পাথোকই, য়েন্থোকই। জাৎ-বিজাত খায়দনা অমগা অমগা নুংশিননবগী মতাংদা ডিক্লেরেসন লৌই। সরকারদা রিকমেনদেসন কয়া থাগৎলি।

অদুগা কদায়! ঙসিগী সমাজ অসিদদি মখল মখলগী হাৎনবা শুনবা, হূরান চীন্থি তৌবা কয়া তৎতনা থোক্লি। ঙসি খবরমক্তদা থেংনরকখি ঃ "মণিপুরগী চীংগী ঈরাংদা চহী অসিদা নুপী অঙাং য়াওনা মী চামঙাগী মথক্তা পুন্সী লোইখ্রে। মী চামরি হেনবনা অশোক অপন নংখ্রে। নাগা কুকিশিংগী য়ূম লিশীং মরিরোম উৎ ওনখ্রে। খুঙ্গাশিংনা ময়ূম থাদোক্তুনা চেনখিবনা চীংগী লমদা ফৌথোক চাথোক লৈহনবা ঙমদ্রে। হৌজিকসু ঈরাংসি নেমথদ্রি।" খবরগী কলম অমদা অমুক থেংনৈ ঃ "নহারোল শকখঙদবা খরনা আর্মিগী গাড়ীদা নোংমৈ কাপশিল্লকপদগী মী তরা শিরে— অঙাং অনী, লৈশাবী অমা য়াওই।" অতোপ্পা কলম অমদনা, "ড্রগ কাপ্পদা দোজ হেন্দুনা পাখং অমা ষাস্থরে। মৈরা পায়বীশিংনা মাবু হোসপিতাল তম্না পুখৎলকপদা লম্বীদা শিরে।"

অসিদসু নত্ত্রি— য়ু য়োনবগী, মীগী পৈশা মৎপগী, নুপীদা লমচৎ নাইদবগী, অমুক তৌজরোই হায়দুনা শেংদোকচবা ময়াম অমসু খবরদা থেংনরকই।

ঐখোয়গী ইরমদম অসিদা অসুক য়াম্না শান্তি লৈত্রবা মতাংসিদা নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী কেম্প তৌদুনবু করি তৌনরগবনো ইতোমতা খল্লী। ইশাগী ইমুংদা, ঐখোয়গী সমাজদা থাম্বী মৈহৌরিবসি কোকহন্নবা হোৎনদনা পৃথিবীদা শান্তি পুরক্নবা খন্নদুনা করি মহৈবু পুরকপা ঙমগদৌরিবনো ইতোমতা হংজে।

ঐবু উবমক্তদা শরৎনা কৌরকই— "তোম্বা! নঙসু চৎলুসিদনা।"

ঐহাক ঙরাংদগী য়ুমদা হজ্জিনদ্রিবনি। বাবানা লংফৈ চৎখিবদগী ইমাতোন্না শৌ-শৌ লাউবা হেনগৎলক্লি। মীরেম ময়াম থাকপা ঙমদ্রেকাসু হায়।

করিদি তৌনি? বি এ পাস তৌবা চহী মঙাদি শুরে। থবক অমত্তং ফংনবা ঐসু ফনা কন্না হোৎনবনি। ইন্টরভিয়ু কয়া অমসু য়াওরে। অদুবু অঙম্বদা পীজনবা শেল লৈজদবা ঐখোয়না হৌজিক থবক ফংবা ঙম্বা নত্তে হায়বসি অয়াম্বনা খঙনরবা ৱাফম্নি।

অখঙ-অহৈ বক্তাশিংনা ভাষণ পীবসু তায়— "নশানা নশাবু থবক পীননবা হোৎনগদবনি।" মদুসু ঐহাক হোৎনখিদবা নত্তে। প্রাইম মিনিষ্টর রোজগার যোজনাগী শেন্থং পীবগী মতাংদসু অচান মীরায় নাই। লায়রবা থবক ফংদ্রিবা অমসুং থবকসু নীংথিনা তৌগদবা ঐবুদি শেন্থং ফংহনখিদে। মন্ত্রী খনবা হৈবা বাবুধোনগী মচা বুদ্ধদি ইরায় লায়না শেন্থংদু ফংখি। ঐ মুন্না খঙই মানা শেল পীজদুনা গাড়ী শেম্বগী কারখানা লিংবগী প্রোজেক্ট শাহনখিবনি। পি এম আর ৱাইগী শেন্থংদু ফংবদগী ময়ূম ফজনা শারে, স্কুটর লৈখ্রে, থবক্তি তৌবা

নত্তে। মাগী শঙ্গোয়দা সাইন বোর্দ চাউনা থেৎলি "বুধরঞ্জন ওটোমোবাইল ইন্দষ্ট্রি" হায়না। মরক মরক্তা বুদ্ধগী মমান্নবশিং খরা মশাগী গাড়ী থৌদুনা লাকই মাগীদা। মাগী ইঞ্জিন অমা লৈবদুনা মখোয়গী গাড়ী চামলগা চৎখিবা উই। ঐদি বেঙ্কতগী লোন লৌবদা সিক্যুরিটি থন্নবা পোৎ অমত্তসু লৈতে। করম্না সেলফ এমপ্লোইমেন্ট তৌবা ঙমলুগনি।

যূমদসু চঙনীংদা, তৌফমসু খঙদা লৈরিঙৈদুদা শরৎনা লংফৈ চৎলুসি হৌরকপদু তাঞ্জা ফনা চাখি। ঈরুজনীংবগা থোংগ্রা তেকপগা হায়বা পাউরৌদু নীংশিংলকই। ঐসু নেসনেল ইন্টিগ্রেসনগী কেম্পতৃ য়াওবা মখোয়গা লোয়ননা অদুম চৎমিন্নরে।

থেক খোয় তৌরিবা ডিমাপুর লম্বীগী চীংলক্তুদা বসনা ফাওদুনা চেল্লী। বসকী মাহূৎথোঙদগী য়েংথোবলুবদা চীংমায়দা হৌরিবা উপাল কয়া, নূংজাউ কয়া উই। চীংচেপ অমদগী অমরোমদা লাপ্থোকলকপদা ঝাংলবা চীংদোলনদগী লোকখা তম্না লূরবা লাইজনা লীক্লাই মহীগুম চেখ্বরি। লোকখাদা অমুক য়েংথরকপদা তপ্না ঈংনা ঈচেল পীক্লা তুরেল অমনা নূংলকতা ঈরম থিদুনা চেল্লিবদু উই। থাংখিবা য়ারোই হায়বগী মতাদা উরীশিংনা উপাল-শিংদদা য়েৎশিল্লি। বস অদুনা চীংচেপ অমরোমদা অমুক লৈখোরকপদা চীংমায়দুমা পুমথন থন্না শাংপা উরে লমলক্কী লৈরাং নোংবাল্লে। লৈরাংদু থারুবা নাইদনা ইকায় খগুদনা মদোম হৌদুনা শাংলি হায়দুনা ময়াম্না খোনবনি নোংবাল্লে। নীংশিংহল্লি লৈবাংদুনা ঐঙোন্দা মোইরাং কংলৈরোনগী বারী—

পুরেম্বগী মপারি খুমন নোংয়াই তোমপোক্কা মজাইবেম্মা থোইবীগগী নুংশি ৱারীদো। ইকায় খঙদবা নোংবানগী লৌনম নমথাকতো।

অৱাংবা চীংগী চীংচেপ্তা হৌরিবা উপালদা নপ্তুনা শাৎলিবা উরৈশিংদুবু উরগা খল্লকই ঐনা— মসিবু অদুঙৈ শাবী মৈলৈ লাংবনা ইবুধৌ থাংজিংদা লৈরাংখিবা মৈলৈ লৈম্না নুংজুমপাল কদাম্বদি লৈনুংশি হায়দ্রবু ওইরিদরা? নিংথমথাগী অয়ুক অদুদা অৱাংবা চীংগী লমদম য়ৌরকপদুদদি খরগা হেন্না ঈংশিল্লকই। চীংদোলদা লৈচিন্না কুপশিল্লকই। অশংবা উনা উপালশিংদু লৈচিন্না পোমায় তুশীল্লকই। মশেল মরাং উরকই পাইরিবা চেকলাশিং। হরি নোংনাংগী খোজেংলদি তেন্না ময়েক লারকই।

থেকনা খোয়না, লৈনা লৈনা চৎলিবা চীং লম্বী অদুদা বস ময়ামদ্ থাপলপ থাপলপ তৌনা চেল্লি। লাপ্তকনা উরে চীংথক্তা জিঙঘগী য়ুমশিং ইরং ইরং লংনা। চীংদা খুন্দারিবা চীংমীশিংগী য়ুম সরকারগী অফিস কয়ানি মথং মথং উরক্লিবা। প্রকৃতিগী নীংথিজরবা উমংগী, চীং লৈবাক্কী লৈকোল অসিদা খুৎশেমগী পোৎশিংদুনা অখেনপোৎ লানশিল্লকপঙমই। অরংবা দলানশিং, অফিস, চৰ্চ্চকী মতোনশিংদু ফনা নকশিন্না উরম্বনি। খুনীংথেক শাবা লম্বাদুদা ময়ামদু চীংমায় অমনা খনজিনখিদুনা ঐগী মীৎয়েংগী বাংমদা লৈহনখি। কেকুলোংপী শান্নবদা ফোঙ ফোঙ হায়না ফোঙদোরকপগুম অবংবা দৃশ্যদু অনুক মীৎমাঙদা ভুৎথোরকই। পোক্নফম ইমা লৈবাক্কী নীংথিরবা দৃশ্যদুদা পূৰ্ণীং লূপশিন্দুনা লৈরিঙৈদুদা কদোমদগীনো খঙদে খংগ্রেক খংই... প্রোক প্রোক, দং দং।

ময়াম পুন্নমক এলার্ট ওইনৈ। মাঙদা চৎলিবা সিক্যুরিটিগী কাঙবুদু গাড়ীদগী চোংথখি। পাকথ পাকথদুনা পোজিসন লৌনৈ। গাড়ীদা তোংলিবা ঐখোয় পুন্নমক তৌফম খঙদে। হকচাংদা মীহুন দং দং চোংই।

শিবা কিদবা মী পৃথিবীসিদা লৈরমগনি নীংদে। শিনীংদবদগী চহী কয়া হৌগৎপা ঙমদ্রবা ফমশেন্নরবা মীদুসু হীদাক চারি, পূজা-লংজা তৌরি।

খোঙচৎ অদুদা চৎলিবশিংদু অয়াম্বনা নহা ঙাকনি। খরনা গাড়ী সিট মখাদা পাকথদুনা লৈ। করিদি তৌগনি?

নোংমৈনা থবাক্তা নম্লবা মীকূপ অদুদদি মী অমগী অচাওরম, শেল থুম, অপামবা মীহৌবা লোইনা মাঙখি। শুপ্নতগী নীংলিবদি করম্না থরায় হিংগনি অসিতনি। শিনীংদবনিনা বস অদুদা য়াওরিবা মীশিংদু পাকথদুনা লৈ। অমনা অমগী মথক্তা নেৎপা য়াওই। অদুবু থোইনা শাউনদে।

মিনিট কুনমুকতি নোংমৈ পংকাপ্তা কাপনৈ। কনানা কনাদা কাপলিবনো হায়বদি খঙদে। অশোক অপনদি থোইদোকপা য়াওহৌদ্রে। মাও গেট য়ৌবদা নুংথিলগী পূং ৩ তাখ্রে। মীহুন শুদ্রবা পেসেঞ্জরশিংদো বসতগী কূমথরে। লাইমন ফত্তবা খরদি গাড়ী মনুংদা অদুম লৈহৌরে। হোবে হোবে তৌনা বসশিংদা লাকপশিংদু মাও গেটকী হোটেলদা চা থক্লে, চাক চাবসু য়াওনৈ।

হুইসেন খোংলকই, বসশিং ষ্টার্ট তৌরকই। মহৈ মহৈ অমনা অমবু কৌশিন্নৈ।

"মমদ্রিঙৈদা য়ৌহৌবনা ফগনি" মীয়ায় চল্লবী নুপী অমনা থরায় য়াওনা লাউজে। হান্না তোংমিন্নরকপশিং মফম মরাং খঙনদ্রে। অমনা অমদা কাখৎনখি।

বস অদু মাওরোমদগী চৎখৎলক্লি অঙম্বা চীং লম্বীদুদা। ইম্ফালদগী খোঙশাল্লকপা মতমদুদদি কেম্প য়াওবা চৎলিবা নহাশিংদু য়াম্না লাঙই। মখোয়না এন এস এস কেম্পতা অমসুং নেসনেল ইন্টিগ্রেসন কেম্পশিংদা তোয়না শকপা ঈশৈদু তাল থাদুনা শকখি—

ব্রি সেল ও ভ্রর কম সমদে

ও দিপ ইন মাই হার্ট, আই দু বিলি ভ

ব্রি সেল ও ভ্রর কম সমদে,

ব্রি সেল লিভ ইন পিস সমদে।

ও দিপ ইন মাই হার্ট

আই দু বিলি ভ...

অদুবু হৌজিক্তি বস মনুংদা কনা অমতা চেক মোক লাউনদ্রে।

ঐসু মীৎ উইশিল্লে । প্রকৃতিগী ফজবকা অমত্তা য়েংনীংবা পোকত্রে। বস অদুনা সেকেন্দ গ্যারদা ঙংদুনা অঙম্বা লম্বীদুদা কাখৎলি। মতমদু থেঙজিল্লকলে। মী পূম্নমক লোইনা উইনরে। অমনা অমগী লেংবান্দা ঙাদুনা ফজনা তুম্বসু য়াওরে।

চীং নীংখায়বদগী শেম্বা লোইদ্রিবা, লৈখোম লৈনাং নুংজাউ লৈবা অঙম্বা লম্বীদুদা পেসেঞ্জর ময়ামদুগী দায়িত্ব পূদুনা ড্রাইভরদুদি গাড়ী থৌরি। অহিংগী থেঙলবা মতমদুদা অমম্বদা লোকচপ মরক্তুদা গাড়ী ড্রাইভর অদুদি মথৌ নীংথিনা পাঙথোক্লি।

ওইরিবা ফিভম অদুদা মওল মওল খনবনে ঐহাক কোক অসি ওঙ্গোক্লা

ঙাওরে। পূক অসি থুক থুক লাউখৎলকলে। ফনা খাঙদুনা হোৎনবনি অদুবু য়াখিদ্রে। চেল্লিবা বসকী থোঙনাও হাংদোক্নুনা পূকী লৈজবী মখৈ লোইনা হন্দোকখ্রে। ঙসাই মাওগী হোটেলদগী চারকপা সিংহারাদু খৈরোইথেক চালীশাবী হায়না খঙনবা মফমদুদা লোইনা লৈহৌরে। মীৎ তন্দন পাইরে। থেঙজিল্লক্লবনিনা ঈংবসু যাম্না হেনজিল্লকলে। ঐহাক য়াম্না ৱানা খাঙদুনা কেম্পকী মফম য়ৌবা তাখি।

কেম্পরশিংদু লম অমগীগা অমগীগা তোৎন য়ান্নন৷ লৈমিন্নগদবনি হায়। পাকথ্রবা লমপাক অমা লৈ। মদুগী চিদাই অমদা লৈবা যুম অমদা ঐবু থম্বীরমই। চাবা থকপা অতৈ করি করা অমত্তা খঙদে। লম্বীদা য়াম্না ৱারকখিবদুদা থুনা পোত্থানীংবদগী ৱা লাং ঙাঙদনা অদুম মফমদুদা ঐহাক লৈহৌরে। লৈরম্বা চারপাই অমদা হীপথরে।

কয়াম কুইরবা তুংদনো খঙদে। কনানো অমনা হৌদোকই—

"সাহব! আপকা খানা," ঐনা ৱা অমত্তা ঙাঙদ্রিঙৈদা মানা মখা শমথরকই— "আজতো কোই নহী আয়েগা। ৱো লোগ কল পহুংচেগা।"

মহাক্না খুদোমবী মনীংলোমদা থিল্লগা, "উ সাহবনে আপকো বোলনেকো বোলা। হম জায়েগা।"

ঐহাক আসামগী লোন খঙবা মী নত্তে। ভারত পূম্বা চৎনবা য়াবা লোলনি, নেসনেল ইন্টিগ্রেসন কেম্পনি হায়দুনা তৌরিমাল্লে, হিন্দী লোনবা চৌকীদার অমা থারক্লিবদু অশিন অরাঙশিংদুনা। মানা হিন্দী মতেক মতেক লোনবীদুনা

ঐগী চাকলুক অদু টেবলদা থম্বিরমই।

ঐনা হৌগৎতুনা ঈশিং কোয়থি থি। থংনবা কাদুদা বাথরুম লৈ। টোটী কোনজীল হাংদোকতুনা মায় মীৎ তাথোকলে। হকচাং খরা কনখৎলকপগুম ফাওরে। চাক চাবা লোইবদা নোংয়াই চবুক লোনবগী কাংশি তরানিথোইরক য়েবা মখোল তায় খরা থাপলপ্লতগী।

ঐনা খল্লী নোংঙানগদবসু কুইদ্রে। মরূপ শরৎ অমসুং লাকমিন্নবা অতৈদু কদায়দা লৈখ্রবনো? হৌজিক্তি থিবা খঙলরোই। নোং ঙাল্লগা উন্নবা হায়দু ঙাইরে খন্না হীপথরে।

ঙহাক তুমলুরবনি। কনানো অমনা থোঙদা 'কোক' 'কোক' থীল্লকই। মীৎ খংপাং পাঙথোকই। মী লাকপগী খোঙউপ মখোল তায়। কেম্পর অতৈ য়ৌরক্লমাল্লে খন্দুনা পুক্লীংদা নুংঙাইবা ফাওই। অদুক চাউবা বিলদিং অদুদা ইতোমতা লৈবদু য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওই। মফমদু য়ৌরকপদা হকচাং ঙম্মন্দবদগী তুমথরুবনা অদু অদা অমত্রা হংহৌদ্রবনি।

ঐনা লাউই— "কৌন হৈ?"

কনা অমত্তা খুল্লক্তে। অমুক মফমদু পুমচীক চীকখ্রে।

"ও! ঐনা শোরী শোরী পংখন খল্লমাল্লে।"

অমুক তুমথনবা হোৎনরে। মীৎসি উরোন উরোন তৌরুরবনি।

"ধম"—

খংপ্রেক খংই।

য়ুমথক অদুদগী কনাগুমবা অমা চোংথরকপগী মখোলনি।

মশেন মরাংনা উবদা ৱাং চাউখ্রবা মুর্ত্তি অমা মাঙদা চঙশিল্লকই। ঐগী হকচাং অসি পূমনম নমই। ভাবতি তাই। ঐগী খোঙ খূৎ লেঙবা ঙমদে। মহাক্তুনা থবাক্তা কন্না নম্লরে। ঐনা লাউগে কন্না হোৎনৈ। ঙমদে। তাঞ্জাদুদা মপান্দা ঈশৈ শকতুনা মী অমা লাকপগুম তায়। নকশিল্লরুগা ঈশৈদু হেন্না হেন্না ময়েক শেংনা তারে। হঞ্জিন হঞ্জিন ঈশৈদু শকপদুদা ঐহাক মঙফাওনরে।

মানা শকখিবা ঈশৈদু অসিনি—

চম চম চমকে তলৱারে।

তোপে বরসাতে গোলে

পীছে হত না বীরো।

বীর সিপাহী সমর ভুমীমে

সোতে হৈ, সোতে হৈ।

নকশিল্লরুবদা মাগী ঈশৈদু লেপখ্রে। মানা থোঙদা থীল্লদুনা ঐবু কৌরকই হন্না হন্না।

"সাহিব! সাহিব! দরৱাজা খোলো। আপকা চাই লায়া হুং।"

মমলি মমলি তৌবদুদা ঙরাং চাক পুরক্লমবা চৌকীদারদুনা ঐগী বেদ টী পুদুনা লাকপনি হায়বা খঙলে।

চা থক্লা থক্লা ঐনা চৌকীদারদুদা ঐঙোন্দা থোকখিবা থৌদোকতুগী ৱারী লী।

"বহাদুর! নঙ লাকলমদ্রবদি ঙসি ঐ মঙলাক্লদুনা শিরমগনি।"

"সাহিব, মদু মঙ নত্তে, ভূতননি।"

ঐ শ্বাই লাউই। মানা ৱারী মথং মথং লীথরকই। "বিলদিং অসি তন্নে হায়দুনা মীনা য়াম্না কিনবনি।"

"করম্না মদু ওইথোক্কদগে, বিজ্ঞানগী যুগ অসিদবু কদায়দগী ভূতনোনে ?"

"বিলদিং অসিগী মপুদু মাগী ইমুং হূপ্না আসামগী রায়োত অদুদা হাৎখ্রবনি। কনা-নসু দাবী তৌরকত্রবা মাগী য়ুমদু সরকারনা লৌশিল্লগা মীথুংশঙ ওইখিবনি, সাহিব।"

মাগী ৱারীদু চুম্বা য়াই চুমদবা য়াই অদুবু ঐঙোন্দা থোকখিবদুদি অচুম্বনি। পুক্নীংগী শান্তি ফংনীংবগী শান্তিগী খোঙচৎসিদা য়াওরকখিবনি। শান্তি ফংদ্রিবা আত্মাশিংনা ৱারৌদুনা হাৎকে তৌরম্লে। ঐনা ঐগী দায়রীদা ইশিল্লি।

"হে শান্তি লাইরেম্বী!

তাইবং মীওই কয়ানা

ইখৌ লাংজরি নহাক্তবু

নঙবু করম্না ফংগবা।

নঙবু থিরি মুনি ঋষিনা

উমং ৱামংদা চৎতুনা

ধ্যান তৌরি হোম জপ তৌরি।

লানঙমদ্রবা আত্মাসু

নঙবু কোইতান তান্নরি।

অদুবু নঙদি লাইরেম্বী

ওইরম্লে মায়া মরিচিকা।" ○

# তিংখঙলক্তা চিনিচম্পা

নোংয়াই মতুং পূং ২ তাশিনখ্রে। মীৎ ফাকলি ফাকলি হৌগৎলগা হোবে হোবে হোস্টেলদগী থোরকই। গেট মনাক্তা লৈরম্বা রিকসা অমদা তোংদুনা ঐ ষ্টেসন তম্না লাকই।

অয়ূক অঙনবদা নামিবা নুংশিৎনা হৈনম লৈনম পুদুনা শীথলি। অদুগুমবা নুংশিৎনা হকচাংদা য়েবদা অনৌবা পাঙ্গল ফংনরিবনি। অদুবু ঐঙোন্দদি মদুগী ওন্ন-তৈনবদা থোক্লরে। অয়ুক্কী মেঙলবা নুংশিৎনা রিকসাৱালাদুদা য়েরগা হুমজিল্লকপদা য়ুনমনা নাতোন্দা য়েরকপসিদি পূক অসি থুক থুক লাউদুনা ওনীংবনা মহা ওইরে। মীকপ ফাদনা হৌগৎলকপদগী ইশাসি উইরুম উইরুম

**লোইনাইদ্রবা ৱারী**

তৌবসি তেকখৎকদ্রা হায়ববু কোক ঙাওবনা মহা ওইরে।

ট্রেন থাগদবদি পূং অহুম-মখায়দনি। রিকসাৱালাদুদি মঙম ইশান শান্দে। মাগী রিকসা খুথৌদুদা ট্রেন থাখিবনা হানবা তারে খন্দুনা মীপাইবা পোকলে। ঙসিগী ট্রেন তোংবা নংহৌদ্রবদি হয়েংগী ইন্টরভিয়ু য়াওবা নংলোইদৌরিবনি। ঐনা রিকসাৱালাদুদা হায়খি—

"ও ভাই। থোরা জলদি চলাওনা রিকসা। দের হো জায়গা।"

হায়জৈ হায়দুঙাই কৈদৌনি? লম্বীদু অঙম্বা মফম অমা য়ৌরে। রিকসাৱালাদু মথক্তগী কুমথরগা মখোঙনা চৎলে রিকসাদু চিংলদুনা ফনা শাংনা।

য়ৌনীংবনা খোরো খোরো খোৎলদুনা ঐনা— "সুবহ্ সুবহ্ কিয়োং পীকে আয়া?"

হন্দক্তি মহাক তুমিন্না লৈত্রে। হায়রকই— "সাহব। বীনা পীকে কৈসে রিকসা চলাউং। কৈসে ভুল জাউং।"

ৱারী শাদুনা চৎলগা লম্বী তেল্লি হায়বা মৈতৈ পাউরৌদু নীংশিংলকই। অঙম্বা লম্বীদু লোইদ্রিফাওদি ৱারী শাদুনা চৎখিবা তারি। রিকসাৱালা অদুনা মানা য়ু থক্লিবদুগী মরমদা শাংনা ৱারী লীরকই।

মহাক্কী খুঙ্গংদা মশাগী য়ুম ইংখোল লৈজরম্বনি। অহল লমন্না তোন-শিল্লম্বা শেন্দোয় শেপ্লেপ শকচিন্নদুনা মাগী য়ুম ইংখোলদু মহাজননা মুলহৌবনি। মাগী নুপী অমসুং মচা অনীগা লোয়ননা মহাক শহরদা থবক থিবা লাকখিবনি। অদুবু ফংদবনা রিকসা থৌবা তাখিবনি। মাগী নুপীনা মহাজনগী কোললীক

ফেঙবা, ফি শূবগী থবক তৌদুনা হিংনবা হোৎনৈ।

মাগী নুপীদু নাদুনা লৈবা ফনা কুইরে। মানা মাগী নুপীবু য়াম্না নুংশিজে; অদুবু মহাক নারে হায়দুনা লায়েঙবীবা ঙমদে। নীংথি নুংঙাইনা পীজ পীথক তৌবা ঙমদে। মশা নারবসু মহাক নোংমতসু থবক্তগী পোৎথাবা ফংখিদে।

মাগী নুপীদু ঙরাং লৈখিদ্রে। মাগী নুপী শিখিবগী অৱাবা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্তুনা মহাক লৈথোকপা য়াখিদে। মাগী মচা অনীদু মবুক লাম্না লৈহৌরি। অদুননি মহাক্না য়ু থকচিল্লগা রিকসা থৌবা তারিবদু।

মহাক রিকসাদুদা অমুক তোংখৎলে। হন্দক্তি অঙম্বদগী থৌথবনি। মহাক খরা ৱাদনা থৌজরে। রিকসা মথক্তুদা ইদোম তূমিন্না খল্লী— হৌজিক্কী মতমদা মিনুংশি হায়বসি ইনাক কৈরাক খুনবা, মশক মতৌ ফজবা, অৱাৎ-অপা লৈতবা মীশিংদদি ইরৈ লৈত্রবগুম তৌই। চানীংঙাই থকনীংঙাই লৈজদবা লায়রবা মীশিংগী মরক্তদি মিনুংশি য়াম্না য়াওরি। রিকসাৱালা অসিনা মাগী নুংশিজবী নুপীদু কায়নবদা অৱাবা নুংঙাইতবা ফাওরিবদু কাউননবা য়ু থকচিনবনি। মসিদবু শাউরুবা য়ারিব্রা?

ষ্টেসন য়ৌরে। প্লেটফোর্মগী মচী মচীদা কুলি, ৱাইশিৎপা, চাকনিবা চাকনিবীশিং অমোৎপা ফি মচেৎ অমমম থাদুনা তূম্লি। কুলি খরনা মকোক্তা পোৎ মরোল মরোল পুদুনা, মপুনা তুংদা ইন্নদুনা প্লেটফোর্মদু তন্না চঙশিল্লকপা য়াওরি। ঐনা প্লেটফোর্মদা থুংলবদা পেসেঞ্জর খরদি চৌকীদা, বেঞ্চতা ফমদুনা ট্রেন লাকপা ঙাইদুনা হান্না লৈনরমলে।

অচা অথক য়োনবা, উহৈ ৱাহৈ য়োনবা লাইরিক য়োনবশিংনা মাগী মাগী

ট্রোলী ঈন্দুনা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা হৌরে। নুংঙাই য়াইফ ইমুংগী মীওই খরসু অঙাংশিংবু মখূৎ শম্বীদুনা শান্নপোৎ, অচাপোৎ য়োনফমদা পুবীরি, লৈবীরি। বেঞ্চ অমদা চহী নৌরিবী নুপী অমা ফমদুনা লৈ। মহাকতু লুহোংলগা নুপা ময়ূমদা চৎকদবা ওইরমাল্লে। মহাক অরংবা ঝারিনা মপাল চনবা অঙাঙবা সাড়ি শেৎলি, খুজি খুদোপ য়ান্না শি, মখোঙদসু খোঙদোপ খোঙজি শি, সাড়িনা মকোক চোন্না খুমজিল্লি। ভারতকী নারী হায়দুনি।

প্লেটফোর্মগী ফকলাংদা ৱাংনা খিন্দুনা থমলিবা টিভিদুদা লৈশা পাখঙগী অনীকপী জগোয় উৎলি। তাঞ্জাদুদা কমপ্যুটরনা উৎলকই—

"টুয়েনটি ফোর দাউন নোর্থ ইষ্টর্ন এক্সপ্রেস ইজ লেট বাই ৱান আৱার।"

ঐহাক খরা নে তায়। ফিংলুবগী দরকার লৈত্রে খল্লে। মীৎ-না শিংনবা চা কপ অমত্তং থক্কে হায়দুনা এয়ার বেগতু লেংবান্দা য়ানশিল্লগা চা য়োনফম অমদা চঙশিল্লে।

চা থক্লিঙৈদুদা তুংদগী কনানো অমনা ফি পায়দুনা চিংলকই। লৈথোক্লুনা য়েংবদা নুপীমচা অমা ওইরমলে। মানা মখূৎ তিংথোক্লুনা পৈশা পীয়ু হায়না ইঙ্গিৎ তৌরকই।

"নোং ঙানফাৎত্রিঙৈনা নিবা হৌরে মখোয়গী হৌনবী" হায়দুনা ঐনা ফৎ লৈথোকই।

নুপীমচাদু ঐগী ইনাক্তগী চৎখ্রে অদুগা ফমদুনা লৈরিবা পেসেঞ্জরশিংদুদা অমুক মখূৎ তিংথোকলুই। কনা অমত্তনসু মঙোনদা পৈশা পীবিদে।

লোলীপোপ চূপ্লিবা মফি মরোল নান্না শেৎপা অঙাংশিং অদুদা মানা মুন্না

য়েংই। মখোয় অঙাংনি হায়দুমঙাই মহাক্কা য়েংনবদা য়াম্না খেন্নে। চাকনিবী নুপীমচা অদুদি কুচু মুশুক মুই, মশক থী। মশম মনাদু ইফা ফাই। ফুরীৎ শেগায়বা লীৎলি।

ঐনা চা থকপা লোইরগা খবর অমা লৈদুনা হেদিং য়েংই। হেদিং অমদা থেংনৈ— "ভারত্তা চহী খুদীংগী অঙাং মিলিয়ন ২১ চাবা ফংদবদগী নাদুনা শি।"

ৱাফম অদুনা ঐবু ৱাখল খন্থহল্লে। চাকনিবী নুপীমচাদুবু অমুক হন্না নীংশিংহল্লে। খল্লুরগা নুংঙাইরকত্রে।

ৱাচৎ ৱানোম্বা চৎপা মীশিংনা অঙম অথৌগী মচা মশুগী অচাপোৎ, শান্নপোৎ য়াম্না লৈরগা পুদুনা চৎলী। নুংশিদ্রবসু নুংশিনা চান্না মখোয়গী অঙাংশিংদুদা তৌই। অদুগা মাঙদা লৈরিবা চাবা ফংদ্রবা অঙাং অসিবুদি ঐখোয়না অরাম খৌরাংবা ফাওবা, মথরায় পানবা জীবনি হায়বা খল্লুবা তৌদে।

খল্লু খল্লুরগা অসুম নুংঙাইরক্তদুনা চাকনিবী নুপীমচাদু কোয়থি থিরুরে। বিসকিৎ অমগা চা গ্লাস অমগা লৈবীরে। মখূত্তা লূপা অমা পীরমলে।

মৈবূলগী মমীৎ নামতা পানবা হিংচাবগুম লাউ খোংলদুনা ট্রেনদু ষ্টেসন য়ৌশিল্লকই। মীয়াম্না ৱা ৱা নিন্না ট্রেন তম্না চঙশিন্নে। মপোৎ মচৈ পুশিন্নে। ট্রেনদগী কুমথরকপা অমসুং কাখৎকদবা মীশিংনা মফমদু কৃক কৃক ঈন্নে। মফমদু ইরাঙ লাঙই। মাগী মাগী মপোৎ শিংহৌনবা চা য়োনবা বীড়ি ক্বা য়োনবশিং থোমজীল্লকই। কন্না কন্না হৌনা , মখোল হোংদোক্তুনা লাউই—

-চায় গরম, চায় গরম ...।

—বীড়ি পান, পান ...।

নাকোং য়েঁশিনবমখৈ লাউশিল্লকই। তাঞ্জাদুদা ট্রেন মনুংদা ফমফম মুন্নবগী পেসেঞ্জর অনীখকতি কন্না তকখৎনরকই।

ঐহাক থোঙনাও মনাক্তা ফমফম অমা উচিন নাচিন্না ফংলদুনা ফমথরে। থোঙনাওদা য়েংথোকলুবমক্তদা ঙসাইগী চাকনিবী নুপীমচাদু উরে। ঐনা পীরম্বা লূপাদুনা ষ্টোল অমদগী যঙ্গোম লৈরি। মদু পুরদুনা প্লেটফোর্মগী চিদায় অমদা চঙশিনখি। মফমদুদা ঙসাই কুন্দুনা লৈহৌবা হুইনাউমচা অদুদা যঙ্গোমদু পীথকপা উই। মিনুংশি হায়বসিদি, ইদোম খল্লী লায়র-চাকনীবা, রিকসা থৌদুনা পুন্সী হিংজবা, পিদোল্লবা মীশিংদনা হেন্না লৈবোইরে। অদুবুদি লৈখোমলক্তা থম্বাল শাৎলী। তিংখঙলক্তা চিনিচম্পা শাৎলী।

হুইসেল খোংলে। ফিরাল অশংবা হাইরে। ট্রেনদু মাঙদা চৎপা হৌরে— গদক, গদক। ট্রেনগী খোঙজেলদু অসুম অসুম য়াঙখৎলকলে। নুপীমচাদু মীৎয়েংগী ৱাংমদা লৈহৌরে। ○

# মতমগী ৱারী শীংবূন

নোবীন ঙরাংদগী য়ুমদা হঞ্জিল্লকত্রি। মমা ইবেল্লে মথৱায় ৱাজে। লৈফম চাফম খঙদে, তৌফম খঙদে। লালটেনগী মৈরীদু পীক্লা লৈথরগা মাঙ্গোলগী মচী অমদা ফমদুনা মচাবু ঙাইজরি।

নুমিদাং থেঙজিল্লকলে। মহোয় লৈকায়গী মৈ লাক্তবা পালি তাই। লৈকায়গী লম্বী শোরোক ইমম মমই। খরা থেঙজিল্লক্রবদা লম্বীদা গাড়ী কন্না থৌবগী মখোল তায়। ইবেল্লেদু ফমদুনা লৈবা ঙমলকত্রে। অমুক হৌগথলি। মনা থাঙ্গত্তুনা তায়। মওল মওল খন্দুনা লৈ।

ঙহাক লৈরগা নোং তাবা হৌরকই। অহানবদা তপলি তপলি তারম্বদগী

**লোইনাইদ্রবা ৱারী**

কনখৎলকই। জম জম তারকই। অদুদগীদি ইবেম্লেদু লালটেন থাউমৈদু পুদুনা ইমুংদা চঙখ্রে।

নোবীনবু পোকপা মপা ইবুংঙো তোমচৌদি নাখোজ্জুনা তুমলমই।

মপাগা মমাগসি মচা নুংশিবগী মতাংদদি খেন্নে হায়বা তাই। থা তরা নাউপুদুনা পোকপনিনা মমানা মচাবু হেন্না নুংশিবা, মচাগা হেন্না নকশিন্নবা ওইরমাম্লে।

নোংঙাম্লে। কোরৌহনবনা নোংপোক মায়কৈদা তরং তরং খোঙদোই হুল্লকলে। লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা অতিয়া ভন্না খোঙশাল্লকলি।

ঙরাং নুমিদাং নোং তাখিবনা হৈপাল লৈপাল পূম্নমক মতু মমান খিঙদোকচরে। শংত্রিক শংত্রিক, তুম্বক তুম্বক লেপতুনা মহৌশা লাইরেম্বীবু থাগৎচরি মখোয়না। পুখ্রী মপালগী কুন্দো, সনারৈ, চাঁগোংলৈ মোমোন মোমোন নোকচরি।

অসিগুম্বা মহৌশা লাইরেম্বীগী নীংথিবা শকলোন্না ইবেম্লেগী থম্মোয়বুদি ফাথহনবা ঙমখিদ্রে।

মনীংগী য়েনখারোমদগী মুতুম একাশিনী চঙলকই। নুংশা মপী ফি ফা হোন্না কৌরকই—

"ইস ইনম্মা, হো ইনম্মা"

ইবেম্লে ইপা পাখৎনা—

"কৈদৌরগে একা?"

"য়েংঙো ইনম্মা। সাবল লৈকায়গী ইনে শকহেনবীগী মচানুপা অমত্তং

য়াওজবদো হাৎতোকপীরে হায়নে।"

"এঃ অদুদি করম্ননো?"

"নহালদো মখোয় নোংমৈ পায়বা অহুম লাক্লগা ময়ুমদগী ৱারী অমত্তা শারুসি হায়না কৌথোকখি হায়নে।"

"অদুদগী করি তৌরবা?"

"করি তৌবা হায়ববু হৌজিক মাগী অশিবা হকচাংদু লবুক্তা তাদুনা লৈহৌরে হায়দুনা ময়াম চৎনখ্রি য়েংবা।"

মখা অমুক শমথরক্তুনা একাশিনীনা— "ইনম্মা নখোয়গী য়েনখাদা ঈ মতৎ মতৎ তাহৌরিবসিনা করি তৌবগীনো?"

ইবেম্লেদু মথৱায় ৱাবা হেনগৎলকই। মখোয় অনী চৎমীন্নদুনা ঈ তারিবদু য়েংমিন্নৈ।

ঙহাক লৈরগদি মিনুংশি ফোঙদোকপীবা লৈকায়গী অহল লমন ময়াম্না তোমচৌগী শুমাঙদু পীক থল্লে। লৈকায়গী মৈরা পায়বীশিংসু চীথদরে। মহৈ মহৈ চিবোন চিবোন ঙাঙনৈ। ৱারী জাৎ জাৎ তকখৎনরকই। অমনা হৌদোরকই—

"নহাল অহিং লৈমপোকপমগী য়ূমথক্তা নূংদুমগী নোং চুথরকপদুনা করিগীনি হায়গে?"

"হেরা সিনিমা। নিশাবন্দ মৈরা পায়বীনা নহাল য়ু থকপা অমা ফারগা পুলিসতা শিন্নখিবদাই। মহাক্তু খরা শাথিনা থীষ্টরক্লমাল্লে। মদুগী অশাউবা ফোঙদোক্তুনা নিশাবন্দগী সেক্রেটরীগী য়ুমদা নোং লাউবগী ৱানিদা।" অমনা

ওক্কুনা খুমলকই।

মৈরা পায়বী অমনা—

"লৈবাক্কী ফননবনি হায়দুনা ঐখোয়না মীৎশেং খাঙদুনা হোৎনবনি। মৈরা পায়বী ঐখোয়সি অৱাবা খূদোংথীবা য়াম্না নংলবনি।"

অমনা ৱাপাংশল্লকই—

"চুমই। য়ু য়োনফমদগী য়ু খরতং হৈদোকলুই হায়দুনা সিনাম ইবেতোম্বীদা নূংদুমনা থারকখি। মহাক মকোক কায়দুনা ডাক্তরদা ফোৎলুবদুনি।"

মীয়ায় ওইরবা অহল অমনা মৈরা পায়বীশিংনা পায়খৎলিবশিংদা য়ানীংদবা ফোঙদোক্কুনা হায়—

"ইবেম্মা মৈরাপায়বীশিং পূম্নমক খীৎতি হেনমনখ্রেকো। নখোয়না য়াওদবসি লৈত্রেনে। মীগী মতৈ মনাও খৎনরে নখোয়, য়ু ফারে নখোয়, সিফাইদগী অঙাং মুল্লে নখোয়, শেল খায়রে নখোয়।"

মরক থৎনা অমনা—

"চুমই চুমই খুড়া। মৈরা পায়বীশিংনা মখোয়না তৌরোইদবা থবক য়াম্না তৌরে। মখোয়না ভূত শান্নবা ফারেকাসু হায়!"

অমনা মখা শমথরকই—

"মৈরা পায়বীশিংনা নুমিদাংদা শঙদা ফমলিঙৈদা ৱাথী ৱারেম য়াম্না ঙাঙই। অফবা হীরম খরদা খন্না নৈনরবদি ফগদৌনি।"

মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা মোত হায়দুনী। নুপা অমনা অমুক

হংলকই—

“ঙরাং মৈরা পায়বীগী সেক্রেটরী চন্দ্রজিনীনা য়ুমথোং খূদীংগী লূপা মঙা মঙা খায়খ্রিদুবু করিগীনো?”

“লৌরেম্বম তা মধু লায়েংবগীনি হায়।”

“মহাক লায়েংবগী ময়ামদগী পৈশা কমদৌনা খায়রিবা?”

“মদু মৈরা পায়বীনা লৌখৎপা অফবা থবক অমনি হায়নীংই ঐদি।”

“করি করম্বনো?”

“তা মধুগী ৱাপল মরক্তা খূৎলাই, ফিরোল য়াওবা বোড়াখাউ অমা কনাননো লংশিনবীরম্লমাল্লে। মদুগী লীখুন পীয়ু হায়না ৱাহং পাউহং তৌবদা নাদুনা লৈরবা তা মধুদু পুলিসনা শাম্বুরম্বা ওইরমাল্লে।”

“খরা ফূ চৈবগী ৱা নত্তেদা। মথবাক্তা কাদুনা নেংলি.হায়দা। অদুদা ঈ ওবদগী ঈহিং নাহিং মরক্তা ওন্দুনা লৈরবা জাৎনি।”

“করিগীনো অদুক শাথীনা তৌবিরম্লিবদুবো? মাদি ইচম চমজবা মীনিদা।”

“তৌববুদি মহাক্কী অমত্তা পোকপা মচানুপাদু ময়ূম থাদোক্তুনা চৎখিবা চহী অনী অহুম ফাজিল্লক্লে। মাগী নুপীসু মচাগী ৱাখলনা লায়না ওইদুনা হাকুম শিখ্রবনি।”

“অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মাগীদি হৌজিক কনা লৈজদ্রবনি। মৈরা পায়বীনা লৈকায়দগী খায়বা শেলদুনা ওটোরিকসাদা মাবু পুবিদুনা ডাক্তরখানাদা লায়েংবীখি।”

ৱারীদু লোইশিনবা কৌবা নাইদে। ইবেম্লেদি মথৱায় য়াম্না ৱাশিল্লকই।

তোমচৌদি নুপা ওইবনরা মথৱায় ৱাবদু ইউৎ উখোকতে।

মাগী ৱারী লীহৌদ্রে মতানি সেরাম কেতুকীদো।

মহাক্না অমুক হায়রকই—

"হৌজিক ঐখোয়না খন্নগদবসি য়েনখাদা তারিবা ঈ অসিনি। মসিগী লীখুন পুথোকউ হায়দুনা পুলিসনা তা তোমচৌ ফাররবদি কমদৌবা তাই?"

মখা চথরকই—

"ঙসি থা মখায়মুক্কী মমাঙদা ঐজ্ঞা গদাধরগী য়ুমদা পুলিস লাক্লুনা থি-হুম্বা চথরে। মখোয়না পুরকপা হূইদুনা কাংখ-য়েনখা, মনীং-ময়াদা মনম কোয়নম নমহল্লি। য়েনখাদা তারম্বা ফি অমা হূইদুনা চীক্লুনা পুরকই। অদুদগীদি ঐজ্ঞাবু ফাদুনা অদুম পুখ্রে।"

ৱারী লোইফাৎত্রিঙৈদা নোবীনদু মাগী একাগাড়ী অঙাঙবা মচাদু তোংদুনা শুমাঙ ফাওবা থৌজিল্লকই।

ময়ামনা, "লাক্লে লাক্লে।"

ইন্দোনসি নুমিৎস্নানা চঙশিল্লক্লুনা—

"ইবুংঙো নোবীন! ঙরাংদগী ইশুবু কদায়দা লৈরুবগে? পুলিসনা নৎত্রগা খুৎলায় পায়বা নহারোলনা ফাখ্রব্রা হায়দুনা ঐখোয়দি ইপা পাখৎলুরবনিনে।"

নোবীননা ইতপ তপ্না খুমলকই—

"ঐদি কোলেজ কুম্মকপদা খ্বাইরমবন্দ ফাওদুনা লাকপনি। ধর্ম্মশালা মনাক্তা বোম অমা পোকখায়। অদুদা মী খরা শোকই। অদুদগী পাখৎনদুনা মীয়ামদু পংচেন্দা চেন্নে মায়কৈ খঙদনা। ঐসু তুশিন্দুনা খরা শোকই" হায়রগা

মখুউদা বেন্দেজ য়েৎলিবদু উৎলি।

মমানা চেনশিল্লক্তুনা নাম্থবী।

"অদুদগী করম তৌরে ইবুংঙো?" ইন্দোনসিজনা মখা হংই।

"ঐহাকসু গাড়ী পংথোঁদা থৌদুনা চৎলে, ককবা য়ৌরে। ঐগী মরূপ রাজেসখোয়দা নুমিদাংদ্ লেকতুনা লৈরে। মথংগী নুমীৎসু বন্দ তৌরবদুদা রাজেসকী ইমাগা পাবুংগনা চৎকে হায়বা য়াদ্রে। অদুনা ঙসি লাকপনি।"

তোমচৌদু নে তারদুনা হায়রকই— "মমানা পংপাদা পাখৎলি। ঐনদি করিসু তৌরমলোই হায়দুনি।"

নোবীন্দু ইমুংদা চঙখি। খুদৈ অমা শেৎলদুনা ৱাশা অমদা ঈ তপ তপ তারিবা শবিদু পুদুনা য়েনখাদগী থোরকই নোক্লা নোক্লা মানা—

"ঐখোয়গী অরাংবীনা ওম্থোকনা হাউনা চারমলিনিনে।" ○

# ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা

ঐহাক ঙরাং মফম অসিদা থুং লবনি। অৱাং নোংপোক ষ্টেটশিংগী য়াইফ থৌরাংগী মাপলশুবা প্লান্দা করি করি লৌখৎকদগে হায়বা খন্নবগী মিটিং য়াওবা লাকপনি। সেক্রেটরীনা মী থারক্তুনা ঐবু এয়ারপোর্টতা ওক্লে অদুগা মফম অসিদা লৈনবা শীল্লম্বনি।

ঐনা হৌজিক লৈরিবসি ব্রহ্মপুত্র হোটেল অশোক্কী মরিশুৱা ফ্লোরগী কা অমদনি। ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী তোর্ব্বানদনি হোটেল অসিনা লৈরিবসু। কা অদু এয়ার কনদিসননি, অদুনা ঈংসু ঈংদে শাসু শাদে। আসামগী কলা সংস্কৃতিগী ওইবা পোৎশিংনা কাদু লৈতেংই। চৌকি, টেবল লীগীনি। ড্রেশিং টেবল,

আলমিরা, টি ভি, টেলিফোন কা অদুগী লৈ। বাথরুম টোইলেট শৃৎ নাল্লী। ঈশিং অশাবা পাম্লে অশাবগী কোনজিন্দগী, অঙৈংবা পামলে অঙৈংবগী কোনজিনদগী ফংই। ঈরুজফম কাগী নেৎফমদুসু গালিচা ফিদা থাই।

কা অদু তরু তনাল্লি। কাগী মনীংথংবা ফকলাংদুদা সিকিমগী শঞ্জাবুংদা শঞ্জেন্নহানা য়াক তোংদুনা শান্নবগী অয়েকপা লাই অমত্তং থেৎলি। অরাং থংবা ফকলাং অদুদি মিংশেলনি। ফজরবা, থারবা পরদা অমনা ফকলাংদু থুংনা খনজিন্দুনা লৈ। পরদা অদু হেক হাইদোকলুবদা ঈচেল কল্লবা ব্রহ্মপুত্র তুরেলনা মনীং তম্না চেম্থরিবদু উই। হোটেল অচৌবনিনা মসিদা মখল মখলগী সেবা, অপাম্বা মতেং ফংই। ডাক্তর কৌবা, ফোরেনদা চৎনবগী পৈশা ওম্থোরুবা, মকে শেম্বা, ফি-শূবা, স্ত্রি তকপা অসি পুন্নমক টেলিফোন তৌরগা ফংবা য়ারে। হোটেল অসিগী বার, অচৌ অশাংশিংদা রিসেপসন পীফম, কনফরেন্স হোল লৈ। হোটেলগী মনীংদা ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বানগা তাইননা পাকলবা লম্পাক অমা লৈরিবদুগী মতাই মতাইদা নীংথিজরবা লৈরাং কয়া শাৎলি। ব্রহ্মপুত্রগী শুমহৎলবা দৃশ্যদু য়েংদুনা ঙহাক লৈরিঙৈদনি—

কৃং কৃং কৃং কৃং ... দোর বেলদু খিঙবা তাই।

ঐনা থোঙ হাংদোকই। মশা নানবা সুট টাই তৌবা নহা অমা লেপলমই। মানা— "সার! হূইচ ৱান দু য়ু প্রিফর— ভেজ ওর নন ভেজ?"

"ভেজ প্লিজ।"

"এট হ্বাট টাইম সার।"

"এট ৱান পি এম।"

ঐখোয় মৈতৈদি ওফিসার ওইরবসু নুংথিল পূং অমা অনীদা চাকলেন চাদে। অয়ুক পূং মাপল তরাদা অফিস কাবা নংনবা চাব্না অয়াম্বনি। সাহেবকী মতৌ তমদুনা ফমুংদা লৈরিঙে চীন য়া শেংদ্রিঙৈদা বেদ টি থকপা চৎনদে। ব্রেক ফাষ্ট পূং নিপাল মাপলদা, লঞ্চ পূং অমা অনীদা নুংথিলদা টিফিন অমুক, নুমিদাং পূং মাপল তরাদা ডিন্নর চাবা ঐহাক পামদবনি। অদুবু য়ুমদগী মপাল থোরক্লবদি ঙস্তানা চাকলেন চানীংদুনসু নুংথিলগী পূং অমা তাদ্রিঙৈদা হোটেলদা লঞ্চ চাবা ফংদে।

নুংথিলগী পূং অমা চপচানা বেল খিঙলকই। সুট টাই তৌবা সেবারীদুনা পাকথ্রবা ট্রে অদুদা চাক, তল, হৱাই, শাক, পনীর, দহী, আচার, পাফর, সালাদ তেঙ্গোৎ থন্না থন্না হাপ্তুনা নোংদারনা ফজনা কূপ্লগা পুরকই চামচ, ফোর্ক অমসুং প্লেটকা লোয়ননা।

ঐনা চাবদি খরদনি। অদুবু চারে হায়বগী চরা অদুগী বিল লূপা চহুমদু সহি তৌখি।

নহালমখৈদি মতম অদুরাইদা অফিসতা ফাইল মরক্তা লৈবনি। ঙসিদি- চাবা লোইবগা টি ভি থাগৎতুনা মদু য়েংদুনা পোথাদুনা লৈ। অদুদগীদি তুমথরুরমাল্লে। টেলিফোন খিঙলকপদা মীকপ থোকলে। ঘড়ীদা য়েংই। নুংথিলগী পূং মরি তারে। টেলিফোন পায়খৎলুবদা—

"সাহব! চথোক্ক দবা লৈব্রা? গাড়ী তৈয়ারিদা লৈজরে।"

পরদা হাইদোক্তুনা মিংশেলগী ফকলাংদুদা য়েংথোকলুই।

চীং লেম্লবা ব্রহ্মপুত্রনা সন্ধ্যা ওইরে থেঙথ্রে মতাগুম থুনা য়াঙনা

খোঙদোই হুল্লে। নীংথিজবা দৃশ্যদু উরুবদা খোংফৈ অমা লেঙনীংদ্রে। চৎথোকলরোই হায়খ্রে।

"পাক চাওখ্রেদকো হে ব্রহ্মপুত্র! নঙগী ঈপাক অসে। সমুদ্র উদ্রিবা অগ্রংদদি সমুদ্র হায়বদুগী শক্তমদু অসিনি হায়না তাকপা য়াগনি।" ইতোমতা হায়জে।

য়েংথোকখিবদা ৱাংমগী তোর্ব্বান মীৎনা উবা ফংদে। ঈপাক্তা তাউথরক্লিবা কৌশীং মরক্তা ঙা নাশুবীনা মরক মরক্তা মোংলকই। তোর্ব্বানগী ঈশিংগী ঙমখৈদু চীংশাং নাপোমনা পল ওইনা থিংখিবগুম উই। চীংথক্তা অশংবা উপালশিংনা তুম্বক তুম্বক পোত্থারি প্রকৃতিগী নীংথিবা শক্তমদু য়েংবদা ওন্থোকনা পূক্লীং নুংওল্লি।

নুমিদাংৱাইগী মতমদুদা কোরৌহনবনা নোংচুপ হারম পাংবদা হাইথরক্তুনা ঈপাক্তুদা লূপশিনখিদৌরবা তাঞ্জানি। কোরৌগী থকতোকলকপা মেঙলবা মঙালনা য়ৈবদা অতিয়াগী লৈচিন্না ঙাড্রানবা ফীজোল থোল্লদুনা হরাওনা জগোয় শাজরি।

অথাপ্পা উমংদা চাকতারুবা উরোকশিং মরানয়াই তন্না শাখপ তোয়রকই ঈচেলদু তুংইন্না। চোকথরবা চেক্লাশিংনা তাউথরক্লিবা ঈপাকয়ায়গী কৌশীংদা তোংদুনা ঙাইহাক পোত্থাজে। পূকচেল চাউরবা ব্রহ্মপুত্রনা মখোয়দা নৌনা পাঙ্গল হাপ্পীদুনা ঈপাক্তগী অমুক পাইখৎলকই। মমাঙ থাখিবা মতারোইশিংবু থুনা য়াঙনা তান্নখি। মীৎ কুপনীংদে ঈপাক নিংথৌগী শুমহৎলবা শকলোনশিংদু উবদা।

কৃং ... কৃং ... কৃং ...কৃং ... । দোর বেল খিঙলকপদুদা মঙফাওনরকপগুমই।

হৌগৎতুনা থোঙ হাঙদোকলুই। নহা অমনা এনভেলপ অঙৌবা অমা পীশিল্লকই।

হয়েং তৌগদবা মিটিংগীদমক ঙসি থুংলবনি দিল্লীদগী সোসিয়েল ৱেলফ্যার পুবা ইউনিয়ন মিনিষ্টর। হোটেলদুদা মাবু ওকপগী দিনর পার্টি শীল্লিবদুদা য়াওনবা ঐগী বার্ত্তন পীরবনি।

অদুগুম্বা পার্টিদা চনপ্লী ময়ামনা মিনিষ্টরদা য়োমশিন্দুনা মখোয়বু চানবীনবা খুদোংচাবা ফংনবা তৌবশিংদু উমন্দুনা ঐহাক পাটিদু য়াওনীংদবনি। অদুবু ব্যবহার অমদি উৎপা তাবনিনা ঐহাক পার্টিদু য়াওবা তাখি।

পূং নিপাল তারমদাইদা ঐহাক কাদগী লিফটতা কূমথরকপনি। তাঞ্জাদুদা—

"নহালে ইয়া তাইবং মালংপান
শনরীক মপাল থারিবা
অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা
লোয়মনাই খুন্দা অহানবা
গুরু নঙবু হন্না হন্না খুরুমজরিয়ে।"

তা ঘিন তেন তা খিত্ত, তা ঘিন তেনতা খিত্ত, তাং খ্র ধেন তা খ্রাং খিৎ ...।

"এ! কদোমদনো, হৌজিকপু লাই হরাওবগী ঈশৈ শকলিবা, পূং য়ৈরিসিবো।" ইতোমতা হংজৈ।

রিসেপসন রুম অদুদা পরপ পরপ চঙশিল্লুবদা লৈরমলে হান্না ভারত

সরকারগী কেবিনেট মিনিষ্টর, আসামগী চিফ মিনিষ্টর, অতৈ ওফিসিয়েলশিং। ময়ামনা কোয়না ফমলিবদুগী ময়ায়দুদা পীকলিবী নুপীমচা অমনা লাই হুরাওবগী জগোয় শারমই। টেপ রেকোর্দরদগী কেশেৎতা লাইহরাওবগী ঈশৈ থাদোরকপদুনি ঐনা তাখিবদু।

কনাগী মচানোনে অসিবু হায়না খল্লী। ইনাক্তা ফল্লিবী মেনপাবার প্লানিংগী ডাইরেক্তরগী নুপী সোনা বরুৱাদা হংলুই।

"মৈতৈ অফিসর অমগী মচানি। মমানা আসামী চনুনি।"

ঐহাক হেন্না খঙনীংবা পোকলকই। মখা হংই—

"মখোয় অনীদু করম্না লৌন লৈনখিবনো?"

"গৌহাটী ইউনিভরসিটিদা লাইরিক তম্মীন্নরিঙৈদা নুংশিনখিবনি অদুগা তুংদা লৌন-লৈনখিবনি।" মিসিজ বরুৱানা লীথরকই।

"নুপীগী মমা মপানদি য়াব্রা?"

"নুপীদুগী মপাদি'মানা পীকলিঙৈদা লৈখিদ্রবনি। মমাদুগী সম্পত্তি য়াম্না উলুবারীদা লৈ।"

"নুপাদুবু করি লমদগীনো?"

"ইম্ফালদগীনি. মরক মরক্তা মফমসিদা লাকই।"

ঐখোয় অনীনা ৱারী চখরিঙৈদা জগোয় শাবদু লোইশিনখ্রে। মরাঙ মরাঙ তৌই। অমগা অমগা ৱারী শান্নে। মদু চাকঙাই ৱারী হায়দুনি।

চাক তাকলবদা ময়ামদু হৌগৎনরে।প্লেট পায়র পায়রদুনা ৱারী শানা শানা কোয়চৎ চৎতুনা অমগা অমগা চীল্লোক্লদুনা দিনরদু চারে। লোইশিনবদা

নুমিদাংগী পুং ১১ তারে।

লিফটতা কাদুনা ঐগী কা য়ৌরে। টি ভি থাগৎলুবদা ৱার্লদ কপ ফুটবোল শান্নরম্বা থেংনরে। ঙাইহাক য়েংই জর্মনীগা রোমানিয়াগা শান্নবা। ৱাং চাউখ্রবা, মশা ফখ্রবা শান্নরোইশিংনা মরৈবাক্কী মীংচৎ পুরক্লবা মথৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা শান্নরিবদু য়েংবদা নুংঙাই। পাউ ঙাইহাক তারে। তূমথরগে তৌবদা নীংশিংই ঙসাইগী অঙাং জগোয় শাবদুগী মপা মৈতৈমচানি হায়দুবু কনা ওইরিগবা!

নোংঙাল্লে। পরদা হাইদোক্তুনা য়েংথোকলুই। ঙরাং নোংচুপ মায়কৈদা ব্রহ্মপুত্রগী ইরোন্নুংদা লূপথখিবা কোরৌহনবদু নোংপোক মায়কৈদা ঙানথোইরমলে। অয়ুক্কী ঙাঙ্গ্রানবা কোরৌ মশেকনা তুরেলগী লৈমায়থক্তা য়ৈররে। ব্রহ্মপুত্র তুরেলসু মথৌদাং কন্না পাঙথোকলমই। ঈচেল কন্না চেম্ব্রমই। হিহোনবা খরনা ঈশৈ শক্লা শক্লা লেমলৈ ঙাবু তাল্লমই।

মায়-মীৎ তারে। কোফি কপ অমা থকলে। হাউবা হাউতবা খঙদে মমলদি লূপা কুননি। টি ভিদা পাউ তারগা ঈরু মায়থজদুনা মিটিং চৎনবা শেম-শারে।

মিটিং মফমদুনা বেলে ভিয়ু হোটেলদনি। মদু চীংথক্তা শাবনি। গাড়ীনা মফমদু য়ৌবদা ফনা কুইনা চঙই।

হোটেলদু য়ৌবদা ইতোমতা হায়জে—

"তামখ্রবা, চীকখ্রবা চীংথক অসিদা ওস্তোক্লা ফজনা শাখ্রেদকো।"

মথং খল্লী অসুম অসুম— মণিপুরদসু চীং মচা মচা য়াম্না লৈ— নোংমাইজীং চীং, কৌব্রু চীং, লাঙ্গোলচীং, চৈরাও চীং...। অদুবু অসিগুম্বা বিলদিং

অমত্তা হেক লৈতেদা।

বেলে ভিয়ু হোটেলদগী য়েংথরকপদা ব্রহ্মপুত্রগী চীং লেম্লবা নীংথিরবা শক্তম অমা অমুক উবা ফংলে। অৱাংবা চীংথক অদুদগী উবদদি অকল অথোগী শক্তম পুবা ব্রহ্মপুত্রদো ঈচেল তপলবী, মোং হাদ্রবী, ইকায়থীবী নুপীজাগী শক্তম লৌখরে।

মিটিং লোইরবদা নুংথিলগী চাকলেন্দু মফম অদুমক্তদা অদুম শীল্লে। মানা মানা পাম্বা মথেল লৌদুনা টেবলদা থল্লিবা অদুদগী লৌরগা চানৈ। খরনা লেপ, খরনা ফম তৌদুনা ৱারী শানা শানা লঞ্চ চাবদু লোইরে। ময়াম কায়নরে, ঐহাক হোটেলদা হল্লকখি।

হয়েংদি য়ূমদা হনগদবনি। অঙাংশিংগী, মমাগীদমক করিগুম্বা পোৎ-চৈ খরদি লৈনীংবনি। অশিন-অরাঙশিংদা টেলিফোন তৌদুনা গাড়ী থারক্লবা হায়খি।

কৈথেলদগী হল্লকপদা নুমিদাংৱাই ওইরে। ঐদি ব্রহ্মপুত্রনা শুমহৎতুনা মতম অয়াম্বা লৈরে। অসুক কুইবসি ঐহাক ব্রহ্মপুত্রনা অসুক ফজে, মগুণ লৈ হায়বসি খঙলুদবনি!

অরোইবা ওইনা মাবু য়েংনীংদুনা তোর্ব্বান লৈকোনগী লম্পাক্তদা ঐ লাক্লে। মহৌশা লাইরেম্বীনা মফম অদুদা অশংবা গালিচা ফিদা থাদুনা থম্বগুমই। ঈপাকনা জগোয় শাবদু ইমীৎসি পেন্না য়েংলগে খন, লৈকোলগী চিদাই অমদা ফমথরে।

ঙরাং নুমিদাংৱাইরম উখিবা তারমদাই নুমীৎকী নীংথিবা দৃশ্যদো অমুক

হন্না উবা ফংলে। নুমীৎকী মশেক মঙালনা য়েবদা তাংথক নাইনা চেল্লিবা ঈপাক্কী লাইজদু লীকলাই মহীগুম উরে। মরানয়ায় তন্না খোঙদোইরকইবা চেক্লা শঙ্গু অমসু উমাপতি মন্দিরগী চীংদোলদা হৌরিবা উপালদা কায়দোংখি।

ব্রহ্মপুত্রগী ঈপাক অদুদা লৈরিবা ঈথৎ অদুদনি উমাপতি মন্দিরনা লৈরিবদু। অশংবা উপাল মরক্তগী থিঙ্গৎলদুনা মন্দির অদু ইরং লংনা লৈবা উরি।

জগৎপু শেম্বীবা, ফত্তববু মাঙহনবীবা উমাগী মবুংঙো ভগবান শিবনা করিগীনো ঈশিং ময়ায়গী চীংথক্তুদা ঙানথোইরিবসিবু খল্লকই। নীংশিংই মাদি যোগীরাজনি। মহাক্কী ধ্যান কায়দনবা মীয়ামগী নিল খোঙবা মফমদগী লাপথোকনা লৈবা ওইবা তাই।

অসুন্না মওল মওল খল্লিঙৈ মী থন্না তোংলবা মোটোরবোট অমা, অনী, অহুম মথং মথং উমাপতি মন্দির তন্না হোল্লকলি। মোটোরবোটকী ইঞ্জিনগী মৈখুনা অতিয়ারোমদা ফুয়না ফুয়না কাখৎলি। হিশিংদু ঈথৎতুকী তোর্ব্বান-লোমদা অসুম অসুম নকশিনখি। ঙহাক্কী মনুংদা ভগবান শঙ্করগী দর্শন ফংনীংবা ভক্তশিংদু মন্দির তন্না কাখৎখি।

ঐনা ফল্লিবা তোর্ব্বান্দু নক্লা নুপামচা অমা অনীনা তুরেলদা খোই চোপলি। নুংথিল চুপ্পা লেমলৈ তাল্লুবা হিনাউ অমা অনীসু তোর্ব্বান্দুদা পোত্থাদুনা লৈবা উই। তাঞ্জাদুদা ঙারাকপী অমনা হুমথরক্তুনা ঈমায়দগী ঙা অমা মচীন্দা চেল্লগা পুখি। অমা য়েংলুই মফজৈ, অমরোমদা য়েংলুই

মনীংথিজে।

ঐনা তুং ওছোরকপদা লৈকোল নাক্কুদা হকচীক লাংবা মী অতৈসু লৈরম্লে। থাপতক্লা লৈবা মী ফমফম বেঞ্চ অমদা নুপা অমা মাগী নুপী অমসুং মচানুপী ওইরমাক্লে মখোয় অহুম ফমলি, ৱারী শারি।

“এঃ অসিদি ঙরাং জগোয় শাবা অঙাংদুনিনা।”

খরগা মুন্না য়েংশিল্লবদি খঙলে নুপাদু ৱাংখেম বীরমনিনি হায়বা। মহাক ইকুই কুইদনা লমলাইদগী নুপী অমা লুহোংখিবনি। নৌজরিবা মৌনহাদুনা মপুরোইবা লংফৈ চৎখ্রিঙৈদুদা মপুরোইবগী ফোটোদা ধূপ থাদুনা খুরুমহৌবদো খঙনীং নীংশিংই।

থেঙজিল্লক্লে। কোরৌহনবনা ফীরূক খুমজিনখ্রে। অমম্বনা ফীজং থাদখ্রে। ঈপাকতু অমম্বদা তিনশিনখ্রে। ○

# ইবেনপোক্কী পেরূক কংশু

অবোক লৈরিকমচানা জেলদগী থোরকপদগী জজ্জ সাহেবকী য়ুমদা লৈরক্লি। মাগী থবক হায়ববু অঙাংশিং য়েংশিনবীবনি। মানা অঙাংশিংবু লুনা চান্না তৌই। অহল ওইরবী লৈরিকতো জজ্জ সাহেবকী অঙাংশিংগীতা নত্তনা লৈকায়গী অঙাং খূদীংগীসু অবোক ওইরকখি। নোংমদি অঙাং শিংদুনা—

"অবোক ! ৱারী লীবীয়ু।" হন্না হন্না তকশিল্লি।

অবোক্লা ৱারী হৌরকই—

"থায়না থায়না মমাংঙৈদা পেবেৎ মতৈ মনাওনা উজাউ অমগী মতোন্দা

মকোন শাদুনা লৈরমই।"

অঙাং অমনা মরক থৎলকই— "মদুদি তারে, অদু নত্তবা অমা লীয়ু।"

মবেনবোক্না ঙহাক ৱাখল তৌদুনা লৈ। ৱারী অমা অমুক হৌরকই—

"থায়না মমাংঙৈদা হনুবী অমা মদোম লৈরমই খাংপোকশঙ অমদা। মহাক্না মোইথাপ নাইদুনা শেল খরা তুংশিনজরমই। নোংমদি হূরানবা অমা মাগী মনীংথোংদা লোন্না চঙলকলেদো—"

অঙাং অমনা— "অবোক! মদু য়ানীংদে।"

"করিগীনো ইবুংঙো?"

"অদুক অহল ওইরবা, মপাঙ্গল য়াওদ্রবা হনুবীদুগী মপোৎ লৌননবা হূরানবদুনা লোন্না চঙই হায়বদু চুমদবা ৱানি। নহাল ঐখোয়গী য়ূমথংনবা ইমুংদা নোংমৈ পায়রগা মী খরা লাক্লগা ইরায় লায়না পোৎচৈ পুদুনা চৎখি।"

হৌজিক্কী মতমদা অঙাংশিংনা থেংনরিবা, উরিবা তারিবা থৌদোকশিং অসিদা থায়নগী হনুবা হনুবীনা পাল থাবগী ৱারী লীবনদি অঙাংশিংদা নুংঙাইহনবা ঙমলরোই হায়বা মবেনপোক্তুনা খঙলে। তৌফম খঙদনা ঙহাক লৈ। করি ৱারী লীসিগে খন্দুনা লৈ।

"করি তৌরে অবোক ৱারী লীদ্রবদি?"

"করি ৱারী লীয়ুগে? নিংথৌমচা মন্ত্রীমচাগী ৱারী লীয়ুরা? লায়রমচানা শামু তোংবগী ৱারী লীয়ুরা?"

"অদুগুম্বা ৱারীজাৎ অদু তানীংদে অবোক।"

"অদুদি করি ৱারী লীগনি?"

"নঙগী ৱারী লীয়ু।"

মবেনবোক্তু ভাব তারে। মানা মতৌ করম্না, করিগীদমক জেলদা লৈরুরিবনো হায়বসি অঙাংশিংদুনা খঙনীংদুনা তৌরিবনি। নোক্তুনা হায়রকই—

"ও। অদু ওইরে। তারো তারো অদুদি অবোক লীরগে।"

"অহল ওইরবী ঐহাকসে চীংয়াগী লৌতাংশঙ অমদা লৈরম্মীদো।"

"অবোক নঙগা কনা কনাগা লৈমিন্নবগে?"

"ইতোমতা।"

"নহাকপু কনানা থাকপীবগে?"

"কনানা থাকপীনেইগে? ঐনা চীংয়া তময়াদগী পেরূক, য়েলাং, চেঙহী ময়ান হেক্তুনা য়োল্লি।"

"অদুদগী ফংলকপা পৈশাদুনা চাবা কোন্নব্রা?"

"লৈরগা চাই। লৈত্রগা চরা হেল্লি।"

"অদুদগী কমদৌরবা?"

"নোংমদি অথেঙবা অহিংদা সিফাই ময়াম লাক্লগা ঐগী থোঙ থীল্লে।"

"কিজদ্রা অবোক?" অঙাং অমনা।

"মখোয় ময়ামদুনা অথেঙবা অহিংদুদা নোংমৈ-ও করি-ও। অবোক্না করি অমুক হায়রুনি?"

"অদুদগী কৈদৌরবগে । ঐবু খূৎ পুনশিন্দুনা থানাদা পুরেদনা।"

"কৈদৌবগীনো অদুদি অবোক?"

"ঐগী খাঙপোকশঙদুদা নহারোল লালহৌবা লৈহনবগীনি হায়।"

"অবোকতি করিগী লৈহল্লুরিবা?"

"নহারোল লালহৌবা হায়বু কনানো অবোকতি খঙদেনে।"

"অবোক্কী য়ুমদা মী লাকতুনা লেকখিবকাদি য়াওব্রা?"

"অং, নোংমদি অহিং অথেঙবদা পাখংমচা অমা লাকখি। মহাক চাক চারক্তবা কুইরে হায়। মহাক অদো ঐগী অমত্তা পোকপা ইচানুপা লৈখিদ্রবদু ওম্বোক্লা মানখ্রে।"

"মাগীদমক অবোক্লা করি করি তৌবিখিবগে?"

"মাগী অশোকপা মখোঙদগী ঈ তপ তপ তাবদু তৈথোকপিখি। ঐগী ইনফি মচেৎনা পুনশিনবীখি। পেরূক মহী পীথকখি। পেরূক কংশু পীজখি।"

ৱারী লোইফাৎত্রিঙৈদা অঙাংশিংদু চাক চাররো হায়না কৌরকখি।

"অবোক। ৱারী মখাদু হয়েং লীবীয়ুকো" হায়রল্লগা অঙাংশিংদু চৎখি।:)

# ইন্দোল চাউবীগী পেনসন

ঙসি হৌমনি শুরে বন্দ তৌবদগী ঐনা য়ুমদগী চখোকতনা লৈরক্লিবসি। ইঙুদম মাধবকী য়ুমদু চৈরাওবা নংবা লোইশিন্দবা য়াদে হায়দুনা মহা ওইরবনি। বিলামাটি ফংদে হায়দুনা নুমীৎ কয়ানি অমসু থবক লেপ্তুনা লৈরুরবনি। ঙসিদা ঐহাক খরা ওন্না থবক শূবা চৎকে হায়না থোরকপনি। লম্বীদা ইমাবোক থেংনরে।

"ইমাবোক কদোমদা চৎপীরুবনো?"

"ইবুংঙো ইবোতোম্বা। নন্দোল চাউবীগীদা চৎলুবনিনে। মরায়বক থীরবী নন্দোন্দু মকোক্তা শাথীনা শোকপদগী কন্না নাদুনা লৈহৌরে।"

"এঃ ওষ্পোকপনিদা! করি করম্ননো ইমাবোক?"

"মাদি নোংমগী চরা থিদুনা হিংজবা মীনিদো ইবুংঙো। বন্দ নুমীৎতুদা শোরোক মচী অমদা মানা হেকচরকপা মনা-মশীংদু পৎখ্রনি হায়দুনা য়োনজরুবা জাৎনি। কদোমদগীনো কনানো খঙদনা নুংনা থারকপদা মকোক্তা পানবা ওইরমাক্লে।"

ইমাবোক্না মখা চখরকই—"খঙদ্রেদা ইবুংঙো, হৌজিক্কী মতমসিদা লৈবাক অসিদা থোকলিবা ঈরাং, থৌদোকশিংসে। বন্দ তৌবসু ওষ্পোকনা তোয়খ্রে। মসিনা লায়রবা প্রজাশিংদা ওষ্পোক্লা অৱাবা চৈনা পীরবনি। নন্দোন্দু ফনা শার্থানা শোক্লে। শিরবদি নীংঙমহৌরোই। নঙসু অমুক্তা হংবীরুচো।"

একাগাড়ী মমায় লৈদুনা ঐহাক ইন্দোল চাউবীগীদা চৎপা হৌই। গাড়ী থৌনা থৌনা ইন্দোল চাউবীগী নুপা খুড়া গুলাপতু নীংশিংলকই।

মহাক বর সাহেবকীদা মালি ওইরম্বনি। সাহেবনা মণিপুরদগী চৎলমদাইদা মাবু আসাম রাইফলগী অমুক মালি হাপ্পীরম্বনি। মহাক্না উন্নবা খূদীং ৱারী কয়ানি মানা লীবীরম্বা—

"ইবোতোম্বা, ঐখোয়না সাহেবতগী তমজনীংঙাই য়াম্না লৈকো।"

"করিনিনা খুড়া?"

"ঐখোয়গীদি য়ূমদা হজিল্লকপদা নন্দোলনা চমোৎ চমোৎ লৈরমই। মানা তৌগদবা মথৌদা মায় ওনশিন্দুনা ঐহাক্না লাকপকা হন্না য়েংবীপোৎ নত্তে।" য়াম্না ৱারৌবগী মওংদা হায়জবনি। মহাক্না মখা চখে— "সাহেবকীদিনে মানা ওফিসতগী হল্লকপদা মেমসাহেবনা ফীজোল ফজবা শেৎতুনা মকে শেমদুনা

লৈরগা ওক্লিবনি। অঙাংকা কপহন লাকহনবা নত্তে। শেন্নবীদা অঙাংদু পুথো কহনখি। মখোয়না চামিন থকমিন্নবা লোইরগা মচাদুগা লোয়নননা নুমিদাংৱাইদা লৈকোলদা থোরকই। অসুম্না তৌরদবু করিগী নুংশিননা লৈরোইদগে? ঐখোয়গী নুপাশিংনা ময়ুমদা হঞ্জিননীংদ্রিবসি মাগী নুপীনা লুনা তৌবিদবদগীসুনি।"

খুড়া গুলাপকী ৱাকৎতুদা অচুম্বসু য়াওই, চুমদবসু য়াওই। নুপা ওইবগী চাউথোকচনীংবা, লেমজনীংবা, মাগী নুপীদগী ফংনীংবা সেবা, নুংশিবা ৱাঙাঙ ৱাতা পামজবা হৌনশানি। খুড়া গুলাপনা মালি ওইদুনসু মাগী নুপীগী মফমদদি সাহেবনা হেনবা নত্তে।

অমরোমদা ইন্দোল চাউবীনা মরমদা পংমোক মোক্তুনা লৈ। মাগী নুপানা পামজবা, অনীংবদুদি খঙবা তৌদে। খুড়াগীদমক ইন্দোলনা মতম কাইথোক্তুনা ৱারী ৱাতাই শাবসু তৌদে। তৌববুদি লম অমগা অমগগী চৎনলোন, ব্যবহার হৌনবী খেন্নবা ঙাকনি। খুড়া গুলাপনা সাহেবকা কুইনা লোয়নরকপদগী সাহেবগী চৎনলোল পামলকপদু হৌনশানি।

নোংমসু খুড়ানা থৱায় য়াওনা ঐঙোন্দা ৱারী লীখিবনি—

"ইবোতোম্বা, নোংমা সাহেবনা ঐঙোন্দা হায়খিদো— গুলাপ! বাংলোগী সিড়ি নাক্তা হৌরিবা আতর গুলাপ অসি শুকশাৎ শাৎত্রিবসি করিগীনো?

"ঐনা খুমজে— সাহব, ঐহাক মসি য়াম্না থুনা শাৎহন্নবা তৌজরগে হায়রগা ঐনা থাঙজৌদু পায়দুনা পাম্বীদু থবৎ হেক য়াম্থৎলি। সাহেবনা পাখৎনা হায়—

"লৈ শাৎহনগনি হায়রগা য়াম্থৎলবদি করি তৌরে?

"সাহব। মতম খরদং ঙাইবীয়ু। মসিদা লৈ শাৎলক্কনি।

"অদুদগীদি ঐনা পাম্বীদু মখোঙ শোম্বিরে, হার হাপ্পীরে, ঈশিং চাইবীরে। খরা লৈরগা পাম্বীদু ময়োল অনৌবা চোংখৎলকলে। লৈ শাৎলকপা উবদা সাহেবনা ঐবু য়াম্না থাগৎখ্রবপোৎনি।"

মানা চাউথোক্না হায়বদু ঐনা নুংঙাইনা তাখি। নোংমদি খুড়ানা ঐঙোন্দা নীংঙমদবা ফোঙদোক্লুনা হায়রকখি—

"ইবোতোম্বা। ঐদি ওন্থোক্না পঙখ্রবা বুদু হায়দুনী। সাহেবনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌবীবনি। মানা চৎলমদাইদা ঐঙোন্দা—

"গুলাপ, নঙনা অপাম্বা পোৎ অমা হায়য়ু।

"সাহব ! দুকান ফম্নবা লম মচেৎ অমত্তং পীবিয়ু।

"মানা কবো লৈকায়দা অচৌবা লম অমা লৌজৌ হায়রম্বনি।

"ঐনা পাম্বদি খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল মনাক্তনি। মীসু তাদবা জঙ্গল ওইনা তিংখঙ তুম্মৌ হৌদুনা লৈবা মফমদু ঐনা পামখিদে। সাহেবতি শিংবনিনা খঙবা জাৎনি— মফমদু চহী তরা কুনগী তুংদা অফবা দুকান মফম ওইনা শেমগৎপা য়াগনি হায়বদু। হৌজিকতি মফমদুদা স্কুল, কোলেজ, থাউগী কম্পানি, অচৌ অচৌবা দুকান শাগৎখ্রে। মানা হায়বদু য়ারম্লবদবু ঐনা ঙসি অসুক ৱানা করিগী লৈরুগদগে?"

মানা লীবিরম্বা ৱারী অতৈসু লৈরি।

ইন্দোল চাউবীগীদা য়ৌরে। ঐবু উবদা ইন্দোলদু হরাওজে। মাগী অশোকপা অনাবা কাউথোক্লুনা হায়রকই—

"ইবোতোম্বা, নহাক লাকপা ফরেদা। নঙোন্দা ঐনা পোৎ অমত্তা শিন্নগে নীংবা কুইরবনি" হায়রম্লগা নাকলদা লৈথোক্তুনা মাগী ফমুংগী মোমপাক মখাদা কোইমা মাদুনা থি। ফিনা য়োম্বা চে ময়োম মচা অমা পুথোরকই মখূৎতুনা । ব্রানা হৌগৎতুনা চে ময়োমদুগী কিশি থোকই। লৈকাং চারবা চে চাং খরনি মদুদা য়াওরমলিবদু । মরৈ মরৈ উতোং শানা কোনশিনবা মাগী খুবী সহি ময়াম য়াওবা চেশিং অদু ঐঙোন্দা পীশিল্লকই অদুগা হায়—

"য়েংউ ইবুংঙো। মসি নঙগী খুড়ানা থবক তৌরম্বগী ঐনা ফংগদবা পেনসনগী চে চাংনি।"

খুড়া গুলাপ লৈখিদবা ফনা কুইরে। মহাক পেনসন ফংদ্রিঙৈদা শিখ্রবনি। মাগী নুপীনা খুড়ানা থবক তৌরম্বগী পেনসন ফংবা য়াবনি।

"ইন্দোল! নহালমখৈদি পেনসনগী ব্রাসি ঐদি খঙদেনা।"

"এ, অদুবুরো ইবোতোম্বা। মসিগীদমক ব্রানোম্বা মী লৈ হায়দুনা সনাতোম্বনা চেনবীবনি। মদুদা পৈশাসু মচীৎ মচীৎ য়াম্না চঙখ্রে। চে-চাং অসি শেম্বদসু মতম শাংনা চঙখ্রবনি। শিখ্রে হায়বা ময়ামনা খঙনরবনি নঙগী খুড়াদো। অদুবু শিখ্রে হায়বগী সারথিফিকেট চঙই হায়নে।"

"হোয় ইন্দোল, মদু অচুম্বনি।"

"নঙ খুড়া ঐখোয়নী লুহোংদুনা চহী ৫০ হেন্না লৈমিন্নরকপদু ময়াম্না খঙলিবনি। অদুবুনে ইবুংঙো, ঐসি নঙ খুড়াগী নুপীনি হায়না প্রমাণ পীদৌনিসু হায়নে।"

"হোয় ইন্দোল, পেন্সনগী নিয়মনি অদুসু।"

মশাদু শদৌ থোংলবনি অদুবু মথা চপ্পরকই—

"সনাতোম্বনা নোংমা মী অমা পুদুনা লাকই। মীদুনা পেনসন ফংনবগী শীল-লাঙ তৌবদা লূপা লিশীং অনীদি শোয়দনা চঙগনি হায়। চে-চাং তাপ্পোকপা, অফিসকী মীশিংনা ফাইল থিহনবা, চখোক চৎশিন, পীজ পীথক তৌবদা।

"ঐনা হংই— লূপা লিশীং অনী পীথোকখ্রগা ঐনা ফংগদবা কয়ানো?

"লূপা লিশীং ১২/১৩ মুক ফংগনি— নুপাদুনা হায়।"

"অদুদগী কৈদৌরবা?"

ঐগী ব্রাহংগী পাউখুম পীরকই ইন্দোলনা— "মানা হায়বদু ঐনা থাজরুরে। অদুনা ঐগী ক্কা য়োনবগী পোৎফমদু য়োপ্পোকলগা লূপা লিশীং অনীদু পীখ্রে।"

"পৈশাদু পীখ্রগা করিগী হৌজিক ফাওবা পেনসন ফংদ্রিবনো?"

"এঃ ব্রা য়াম্না লৈরিদা ইবুংঙো। ঐবু চৈরাপ কোর্টতা চৎত্রবদি য়াদ্রে হায়রিনিনে। অদুবু করম্না চৎকদৌরিনো? ঐনা ইরাল তৌরুবসু নত্তে। চৈরাপ কোর্ট হায়বসিদি খাংজেং লাইরেম্বী লৈ হায়দুনা খুরুম্নরিবা মফমনি। জেল মপা য়ৌবদা চৈরাপ কোর্ট মপা য়ৌবদা নঙোন্দা চঙজরোইকো হায়না খুরমদুনা লাক্লিবনি ঐখোয়দি।"

"নহালমখৈদি পেনসন য়াওদনা লৈরগা হৌজিক অমুক পেনসন পামলকলিবসি করিগীনো ইন্দোল?" ঐনা হংই।

"ইবোতোম্বা! ঐহাক কুইনা হিংগদবা মান্দ্রে। নচে ইবেমচাদো লানচেনবা হাকতক্তা ঙাংখলব্রায়দা ময়ূম পালহৌবনি। শাউরবনি হায়দুনা নঙ খুড়ানসু

লৌখৎপিরমদ্রে। ঐনা শিদ্রিঙৈদা মাবু লৌখৎপিদুনা মাগী মপোৎ খরদং তম্বীরমদ্রবদি শিরবসু ঐগী আত্মাসি লানবা ঙমলোইদৌরি।"

মশাগীদি খন্দনা মচাগী য়াইফনবা খনবা হায়বসি মমা ওইবীশিংগী হৌনশা ওইরমান্নে। ঐনা ঙম্বা হোৎনদুনা ইন্দোলগী পেনসন্দু ফংননবা হোৎনগে হায়রমই। মখূৎতা লুপা তরাদং পীরম্লগা ঐহাক হল্লকখি।

পেনসন সেল লৈরিবদু সেক্রেটরিয়েত বিলদীংগী অরোইবা মথোলগী কা অমদনি। গ্রাউন্দ ফ্লোরদগী সিড়িদু কাখৎলকপদা ফকলাংদা প্লেট অমা থেৎপা উই। নকশিল্লক্লবদা মদুদা থারিবা ময়েক্তু শেংনা উরে "কীপ ক্লিন" হায়বনি। অদুগা কাচিন্দুদদি কোদাং ওশিনবদগী ফকলাংদু ইতৈ তৈ।

অনীশুবা ফ্লোর য়ৌরে। মতাই ওইরপনা দষ্টবীন অমা লৈ। মদুদা থারিবনা "ইউজ মি"। মদু পানা কোদাং ওশীনবদি ফনা ফজনা শীজিন্নরে। মনাক অকোয়বদদা চুরূট মথী, বিড়ি মতেক য়াম্না তাদুনা লৈ।

"কীপ ক্লিন" হায়রিসিবু কনাদনো? অফিস অসিবু লুনা নান্না থমগদৌরিসিবু কনাননো? অফিসরনরা? সুইপরনরা? কর্ম্মচারিনরা? বানোম্না লাকপনরা? সিড়িদু মথং মথং কাবদা ঐনা ইদোম হংজৈ।

মরিশুবা মথোল য়ৌরে। থৌ পুরিবা অফিসারশিংগী নেম প্লেট কা মপাদা থেৎলি। থোঙ মনাক্তা, নাকল নাকলদা গমলা অমমম লৈ। মদুদা থারিবা পাম্বীশিংদু শিরুম না রুম তৌনা, ঈশিং থকপা ফংদনা ঙৌ ঙৌ লাউনা হিংলি। বন্দ নুমীৎ, ছুটি থাবা নুমীৎ সেকেন্দ সটরদেদা লৈশিংদু ঈশিং থকপা

ফংবা নত্তে। মরোল থোক্তবনিনা মখোয়গী অরাবা খৌরাংবদু ফোংদোকচবা ঙম্বা নত্তে।

করিদি তৌরুনি? মরায়বক্কীনি। সুইপরগী, মালিগী, চৌকিদারগী ফম পায়রিবা মীশিংদুনা ময়ূম ইংখোল বনধান থল্লগা ফমশিং অদু লৈজখিবনি। ৱাই শীৎকে, শীৎলোই মনীংনি। লৈ ঈশিং চাইগে চাইরোই মনীংনি। ঐনা করি হায়রুনীংঙাই লৈরি।

মখোয়দি মরায়বক ফরবনি। সরকারগী থবক অপীকপা ওইরবসু ঐসু অমত্তং ফংনীংখি। ইমা লুখ্রাবীনা য়োকলবসু ঐহাক মেত্রিকতা ফাষ্ট ডিভিজনদা পাস তৌবনি। পি ইউ সি পরিক্ষা থারমদাইদা ইমা কন্না নাবদগী লাইরিক তম্বা তোকখিবনি। করিদি তৌরুনি? ইমাগী লায়েংনবা,হীদাক লৈনবা ঐহাক মায় খুমজিন্দুনা রিকসা থৌবা তাখি। ঐগী ইমান্নবশিং, লৈশাবী মচা, হৌমিন কামিন্নবশিংনা ঐগী রিকসাদা হেক হেক তোংই।

ঐনা মায় খুমজিন্দুনা রিকসা থৌবদুদা পুলিসনা ঐঙোন্দা জাৎ জাৎ ৱাহং হংই। নোংমসু মায়দা খুমজিল্লিবা ফিদু লৌথোকলগা থীনা চৈরকই। অদুদগীনি ঐনা থৌনাওজম তা মনিগী মতুং ইন্দুনা চেক শূবা য়াওখিবসি।

ঐনা তৌবা য়াবা থবক কৌরকপদা ঐহাক ইন্টরভিয়ু কয়া য়াওখিবনি। অঙম অথৌদা পীজনবা শেল লৈতবা ঐনা করম্না থবক ফংবা ঙমলুগনি।

ঐবু নুংশিবীবা মী খরনদি হায়বীরকখি—

"ইবোতোম্বা। নহাক লাইরিক হৈবনি। নশানা নশাবু থবক পীজনবা সরকারগী থৌরাং লৈরিবশিং অসিগী খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনদ্রিবা

করিগীনো ?”

মিনুংশি চাউবশিং অদুনদি খঙবীবা নত্তে। নোংমগী চরা অনী চানবা লৈতবা ঐনা বেঙ্কতা করি পোৎপু সিক্যুরিটি থমদুনা, কনানা ঐগী সিউরিটি ওইবিদুনা শেম্ছং ফংগদৌরিবনো ?

ঐগী ৱারী লোইশিন্দ্রি। বিলদীংগী অরোইবা মথোলদু য়ৌরে। সিড়ীদু মথং মথং কারকপদা ৱাবনা লোইরে। মসিদবু অহল ওইরবী ইন্দোল চাউবীনা করম্না কাদুনা মাগী পেনসন তানবা ঙমফম থোকপগে খল্লকই।

পেনসন সেলগী এস ও বাবুদু মকোই খাকই। হাইনেক জরসি লীৎলি। মাগী টেবলদুগী মতাইদা চুরূপ উপ্পু অমা লৈ। মাগী মাঙদা থারিবা চৌকিদুদা মশা নানবা মীদুগা ঙহাক্কী মমাঙদা চা থকমিন্নখিবগী চা য়াওদ্রবা গ্লাস অনীসু লৈ।

মহাক এস ও নি হায়বা খঙবসি চপ্রাসি তা থম্বৌনা তাকপীবদগীনি। মাগা ঐগা হান্না খঙনখিবা লৈতে।

ঐনা মাগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈবসি ফনা কুইরবনি অদুবু মহাক্না অমুক্তসু য়েংখৎলক্তে। ৱা অমত্তা হংজগে হায়বসি অহুমলক শুরে। ইতা তাশীন্নদে।

মনাক্তা চঙশিন্দুনা ইন্দোল চাউবীগী খূবী সহি ময়াম য়াওবা চেশিংদু তিংথোক্লগা— “মসি অমুক্তা য়েংবীয়ুবা” হায়দুনা পীশিল্লি।

মমায় হাইগৎলকই। ঐবু য়েংলগা— “মসি শূগদবা মীদু ঙসি ছুটি লৌখি” হায়রম্লগা নুপাদুগা লঞ্চ মতম য়ৌরে কানটিন চঙলুসি হায়না

হৌনদুনা থোকখ্রে।

ঐনা অফিস অসিদা লাক্লিবসি ফনা তোয়রে। হংচিৎ লাকউ, হাপ্তা অমা লৈরগা লাকউ হেক্তা হায়রকই। অহায় খূদীং চৎলি। থবক্তি ইওই ওইশিন্দে। সোমদা ঐহাক থবক শূবদা পূক্নীং চঙদ্রে হায়না তা মনিনা মরোল অমা তৌফম খঙদ্রে।

অফিসতুদা তোয়না লাকপদগী মী খরসু খঙনরে। মখোয় খরনা হায়— "নঙগীসিদি শোক '৬০ গী মমাঙগীনি। শাক্তি সাবোন মতীক চাদ্রবদি পাক য়ারোই। মদুদা শেল য়াম্না চঙলনি। মদুগী শরূকপুদি কোর্টতা চৎপনবু হেন্না ফরনি।"

থা অন্তমগী তুংদনি। নোংমা ইমারোক লাক্লুনা তমলে। "নন্দোল চাউবীদু লৈত্রে"। মানা শিরমদাইদা নঙবু তোয়না শোল্লমই। নঙনা হোৎনবীদুনা ফংখিবা মাগী পেনসনগী পৈশাদুনা মচানুপীবু লৌখৎপীবা ঙমখিবদুদা মহাক পেল্লে হায়রমই।

ঐনা সাইকল অহনবা অমত্তং লৈগে, য়ূম নোং য়ুবদু শেমজিনগে হায়দুনা তুংশিনবা লুপা লিশীং তরাদু ইন্দোল চাউবীদা পীবিবনি। মানা মদু মাগী পেনসনগী ফংফম থোকপা শেনফমনি খনখিবদু ঐহাক য়াম্না নুংঙাই।()

# নুংশি খূদোল

নুমিদাংৱাইরম্নি। কোরৌহনবনা নোংচূপ চীংয়া তামখরে। তময়ানা কোরী চেল্লকলে। লোকতাকতা চাকতারম্বা চেকলাশিং মরানয়াই তম্না শাখপ তোয়খরে। হৈকক, কম্বোং হেকলম্বা, লেমলৈ তান্দুনা নোংমগী চরা থিরম্বা খুঙ্গাশিং ঙম্নমক ময়ূম মায়বৈ পাংখরে।

মতম অদুদা থানিলসু হয়েংগী ঙামী থেম্মুরগা মাগী ফূমগী খাংপোক তম্না হি হোনজিল্লকই। ফূমদা হিদু পুনশিল্লে, ঈল, লাং ফকলাংদা য়ানশিল্লে। মাগী খাংপোকনুংদা চঙশিল্লে। লালটেন থাউমৈ চুখৎলে। মখোঙ মখুৎ তৈথোকলগা মাগী কাংথক্কুদা হীপথরে।

মপাম্বোংদা মহাক পোখাবনি। মাগী ৱাখলদি পোখাবা ফংদে। পুন্সীগী মথোৎ কারকপা তাঙলবা মতমদু মফম মরাং খঙদনা হৌখ্রে খল্লুবদা ফুম্বংনদুনা লৈ। তাঞ্জাদুদা থাপলপ তৌবদগী মাবু কৌরকপা তাই—

"থানিল। হো ইতাও! নপোৎ লৌশিল্লরো।"

মাবু কৌরকলিবদু থংনবা ফুমগী য়ুমদা লৈবা মাগী মরূপ সাজৌবনি। মানা কৈথেল চৎখিবদা পোৎ খরা লৈবীরক্লবা তপখিবনি।

শাজৌবগা থানিলগা য়ুম লোন্নে হায়বদনি অমুক নক্লে অমুক লাপথোকনৈ। মরমদি নোংলৈ নুংশিৎ লাকপদা ফুমশিংদুগী মফম ঙহাক লৈতনা হোংদোক হোংজিন তৌবননি।

ফুমদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীশিংগী য়ুমলৈ-কৈরৈদু পংনুং নুংঙাইবা নত্তে। হিংনবা হোৎনবদা কনানা লেমলৈ তান্নবগী, কনানা তাংজফম লৈতবদগী ফুমদা য়ুম শাদুনা লৈনখিবনি। থানিলনা লৈখিবনা নীংবা কায়বদগীনি।

থানিলগী য়ুমদু ৱাংদে, ইনেম নেমই। ৱানা ফোপ হারগা মথক্তা কাংথক হাদুনা তূম্ননবা ফমুং শেমই। লৈপাকনা লৈরঙ শেমদুনা চাক থোংফম, ঙা লৌফম শেমদুনা থমই। মঙাল চঙনবা থোঙনাও মচা অমত্তং ফাংলী। চঙফম অদুদা ফকলোংগী থোঙ অমা লৈ।

হীপলম্বদগী হৌগৎলগা থানিলদু থোঙজীন্দা লেপই। খোঞ্জেল ৱাংনা—

"হো ইতাও! ইতাও শাজৌবা। ঐগী ৱাকয়েদি পুনশিনখরে। ইতাওনা অসি ফাওদং ৱাকয়েদু হোনজিনবীরকউ।"

শাজৌবানা নকশিল্লকলবদা হায়রকই— "ইতাও। ঙসিদি মোইরাং কৈথেল

কায়দুনা মহা ওইখ্রে। ইতাওনা তপলকপা পোৎ-চৈশিংদো শুনা লৈরকপা ঙমলকত্রে, ঝারৌনু।"

"এ! করিগী শাউরুগদগে? খঙনীংলিবদি কৈথেল কায়রিবদু করিগীনো হায়বসিনি।"

"বোম পোকখায় হায়ব্রা করিনো ঐমক্তি থেংনহৌদ্রে। মীয়ামদু পংচেন্দা চেননৈ। মফম মরাঙ খঙদে। দুকান থোঙ লোনশিন্নখি। উচিন নাচিন্না চেঙগা থুম অসিগতা লৈবা ঙমলকই" হায়রম্লগা শাজৌবা হনখ্রে।

মানা পীরম্বা পোৎচৈদু থানিলনা ইমুংদা পুশিল্লে। পোৎ য়োমলকপা চেখাওদুদা নুপীগী ফোটো অমা মৈঙালদুদা উই।

"এ! মসিদি শকহেনবীগীনিনা।" মতোমতা হায়জে।

পোৎতু শংদোকলে। খাউদু ফন্দোকতুনা কুপ্পা য়েংলে। ফোটোগী মখাদা ইরিবদু থেংনরে—

"নুপীসিগী কিদনী অনীমক ফেল ওইরে। মাগী ব্লদ গ্রু পতি ও নিগেটিভনি। কনাগুম্বা পুকচেল চাউরবা, পুকচেল চাউরবীনা অথুবা মতমদা কিদনী অমত্তং দান তৌবীদুনা মাগী পুন্সী কনবীয়ু। তৌবীমল খঙবা উচ্চগনি।"

নোল্লুক্লা হায়জরিবা—

ঙাংবম চন্দ্রকুমার সিংহ (মপুরোইবা)

হাওরং খুন্নৌ, মনীং লৈকাই।

থানিলজাও হাওরং কৈরেল খুলগী লায়রবা ইমুং অমদা পোকপনি।

মানা য়াম্না পীকলিঙৈদা পঙ্হৌ কায়নখি। লুখ্রাবী মমানা ৱানা হোৎনদুনা মচাবু চাউনবা য়োকচরকখি। মচাবু মীমান্নবা ঙম্নবা, লাইরিক তমহন্নবা মমানা কন্না হোৎনজে। মানা লৈকায়গী ফৌশু লংই; লোং খোন্দুনা ঙা ফায়, লৌবুক্তা ফৃদীৎ খপই, চীংদা শীং চল্লি। অদুম ওইনমক মচাবু ময়ামগা মান্নহনবদি ইঙম ঙমদে।

লায়রবদা লাই চঙই হায়বদুনি। নোংমদি থানিলগী মমাদু লোং খোনবা চৎপদা লীলনা চীকলকখি। মখোয়গী খুলগী মমিং চৎলিবা মাইবা শমদেননা লায়েংবদগী শিবমকতি শিহৌদ্রে অদুবু লাইথৈ ওইনা মখোঙ চিংদুনা লৈখি। অদুনা থবক শৃ-নোম্বদা অপনবা ওইখি। নোংমা নোংমগী মমা মচাদু লায়রবা হেনজিল্লকখি। মশা শোনবনে, ৱাখল নুংঙাইতবনে অদুনা লায়না ওইদুনা থানিল মমাদু ইকুই কুইদনা লৈখিদে। থানিলগীদি মমানা পূন্নমক ওইরম্বনি মপাসু, মরূপসু, পীজ পীথক তৌবিবসু, মপূক্কীং থৌগৎ পিবসু।

মমা লৈত্রবা তুংদা থানিলগী পুন্সীদি অৱাবগী মশক্কি। অহিং কয়া কপ্পুনা মদোম য়ুমদুদা লৈ। মাগী মতৌ য়েংবদা ঙমদদুনা শকহেনবীগী মমানা মাবু কৌশিন্দুনা মখোয়গা পুন্না লৈমিন্নরকখিবনি।

থানিলগা শকহেনবীগা হৌমীন কামিন্নরকপনি। শকহেনবীদি ৱাত্ত পাদ ইমুংগী মচানি। পলেম পঙ্হৌনা মদোম পোকপনি। মাগী মশক মতৌ চঙখোল্লি। ঈংঙি, তপচৈ। নুপী ওইবীগী হায়নবী মগুণ লৈজবীনি।

য়ুমলোন্ননা লৈমিন্নবনা থানিলগা শকহেনবীগা পীকলিঙৈদগী তিন্নরকই,

শান্নমিন্নরকই। অরৈবা পোৎ য়েন্নদুনা চামীন্নরকই। স্কুলগী ছুটি ওইবদা মখোয় অনীনা থানিল মমানা লবৃক্তা চৎপদা হেক হেক তুংইল্লি। মমানা লবৃক্তা কৌখা তাল্লিগৈঙে, য়েঙ্খ্রাং, পেরুক হেকলিগৈঙে, শম্ছী খুল্লিগৈঙেদা মখোয় অনীনা কোয়চেন চেন্দুনা শান্নে।

থানিলদি তেলঙ্গা পাইদুনা শান্নবা য়াম্না পামজৈ। তেলঙ্গা শানবা শকহেনবীনা ময়ূমদগী চে, লং, নপ্পবা চাক চদূম পুরকই। থানিলনা থাঙগা পয়াগা পুরকই। মখোয় অনী চঙদুনা তেলঙ্গা পাইমিন্নে। থানিলনা লিরুং ঈৎলি। শকহেনবীনা তেলঙ্গা মমৈ নপই। লোইরগা মানা তেলঙ্গা থাগৎলি। থানিলনা তেলঙ্গাদু রাংখৎহল্লগা শকহেনবীদা অমুক পায়হন্দুনা হরাওহল্লি।

থানিলনা মমান্নবা অতৈগা থীরি কাপ্নি শান্নরিগৈঙে, চৈতেক কোৎপী শান্নরিগৈঙেদদি শকহেনবীনা মাগী মফি ঙবোংদু পায়বীদুনা মনাক্তা লেপ্পগা ঙাইদুনা লৈ।

করিগুম্বদা মখোয় অনী চাকথোংবী শান্নে। কৈথেল কাবী, লুহোংবী শান্নবসু য়াওই। থানিলনা হংই—

"শকহেন নঙ ঐবু নুংশিব্রা ?"

"অং।"

"কয়াম নুংশি?"

শকহেনবীনা মখূৎ অনী ফন্দোক্লুনা নুংশিবগী চাং উৎলি।

শকহেনবীনা অমুক হংই— "নঙদি ঐবু নুংশিব্রা?"

"করিগী নুংশিদনেইগে।"

“এ, অদুনা য়াদে। নঙনা ঐবু কয়াম নুংশি হায়বা করম্না খঙগনি।”

“ঐনা নঙবু নুংশিবদু ওন্নবা লৈতে। ঐগীদি হায়রিবসিনি, নঙগীদমক ঐহাক শিবা ঙমগনি।”

মী লাকপগী মখোল তাবদা মখোয় অনীগী শান্নবগী ৰারীদু লেপখি।

মখোয়নীগী ৰারীদু শান্নবগী ৰারী ওইবতা নত্তে, মখোয়নীগী পুন্সীগী ৰারীসুনি।

থানিল শকহেনবী চাউরক্লে। যৌবনগী মপুং মরৈ ফারক্লে। য়ুম অমত্তদা লৈমিন্নরবসু মখোয় হান্নদগী লাপথোক্লরে। পীকলিঙৈদা শান্নমিন্নরম্বা কোয়মিন্নরম্বদু তোকখ্রে।

করিগুমবা শুমাঙলীলা য়েংবা, খোংজোম পর্ব্ব তাবনচিংবদদি মমাগা লোয়ননা মখোয় হেক হেক চৎপা য়াওই। অতৈ মতমদদি শকহেনবীনা লাইরিক তম্বা চৎলি, থানিলনা য়ুমদা থবক তৌদুনা লৈ— লম-তু শেংবা, যন শেন্নবা, ইনশাং-নাপী, লৈ-শু থাবা, শীং খায়বা অসিনচিংবা। থানিলদি মমা লৈরিঙৈদা ক্লাস এইট ফাওবদং তমহৌবনি। মখা তমথবদি ঙমখিদ্রে। হৌজিক মখোয় অনীগী লম্বী তোঙান্নরে। অদুবু অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নমিন্নবা মরূপ ওইরম্বদু যৌবনগী অপাম নুংশিগী খোঙলোই ওইনদি মপুক্লীংদা লৈনখি।

মতমনা হৌখিবা খঙহৌদে। শকহেনবী মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌরে। মখোয়গী খুলদা শকহেনবীনা মেট্রিক পরিক্ষা পাস তৌবা অহানবা নুপী ওইরে। শেল-থুম ৰাৎতবা শকহেনবীগী ইমুংনি। পলেম পঙ্গৌনা মাবু লংফৈদা

লাইরিক তম্বা থাখ্রে।

নোংমা থানিলনা লৌ য়েরম্বদগী য়ুমদা ময়ামগী হৈথা পোখা লৌরুগে চঙলকই। মকোক্তা য়েৎপা কোকয়েৎ লৌথোকলগা মমায়গী হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা মাগী তুমফম কাদা চঙলকই। থংনবা কাদা শকহেনবীগী পলেম পম্হৌনা ৱা তান্নরি—

"ঐখোয় ইবেম্মদু বি এগী পরিক্ষা পীখ্রে য়ুমদা থোরক্কনি হায়না চিঠি ইরকইনে মমা।"

"নুংঙাইরেদা মহোয় বাজি। ঐদি ঙাইবদা ৱারবনি। মানা হেক থোরকপগা লুহোংবিরসিকো।"

"ঙাইখোদা, লাইরিক মখা তমথহনখিসি। খুল অসিদা নুপী লাইরিক য়াম্না হৈবা লৈতে। মহাক্লা ইহেন হেলনগদৌরিবনি।

"নুপীনা লাইরিক য়াম্না তমলুবগী কান্নবা ঐ খঙদে। ঐদি ইশু অমা অনীদং থুনা উবা পামজে।"

"অদুবুদি ঐসু চহী য়ামশিল্লক্রবসিদা মঙল মঙল খল্লিবনি। কনাদা ইচা থাজসিগে হায়বসু খন্দবা নত্তেনে মমা।"

থানিলদু মাগী ফমুংদা ফমদুনা তুমিন্না ৱা তাদুনা লৈ। মমানা হায়রকপদু তায়—

"ইচাবু থাপ্নসু থাজবা পামদে। অদুনা ইনম্মাহলগসু তান্নরবনি। মানদি অনকপা হাওরং খূন্নৌদা লৈবা ঙাংবম চাওবগী মচানুপা চন্দ্রকুমার হায়বদু

য়ান্না ফৈ হায়। মহোয় বাজিনা করি হায়গে?"

"নুপামচাদুবু করি তৌরি হায়বগেনে?"

"বি এ নি।"

"থবক তৌরব্রা?"

"মহাক থবক তৌবা করিগী দরকারনো? ঐখোয়গী লৌ-ইংখোল, ফৌ-চেঙ, লন-থুম অসিবু কনাগীনো? নুপামচা অদুগী মচীন-মনাওসু য়ামই হায়। অদুনা ইচাগা ইয়াগদা লৌ ইংখোলসি নামা পানবীরগা অসিদা লৈহনদৌরিনি। ইনস্মহলগা মখোয়গী অহল লম্মনগা ৱা তৃপথোকনরবনি।"

"এ! নঙগা হান্না ৱা লোইথোক্লরগা ঐঙোন্দা কোন্না হায়রকইবোরে? ফরে, ঐবুদি য়ারগেনে অদুবু নচানুপীনা য়ারক্লবদি কমদৌবা?"

"মানা করিগী য়ারোইদৌরিবা? মাগী অপাম পামদা হংদুনা থাজগদ্রা? লুহোংদ্রিঙৈদা ঐনা মহোয় বাজিবু পামই হায়না খল্লগা ঐখোয় লৌনা লৈনরকপ্রনে?"

"অদুগুমবা মতমদুদি হৌজিক্তি ওইদ্রেনে পেম্মা। নচানুপীদুদি লাইরিক হৈরবনি নঙগুম্বা নত্তেদো। মশানা অচুম চুমদা বিচার তৌজবা ঙম্লবা, অনীংবা অপাম্বা ফোঙদোকচবা ঙম্লবনিদো। মহাক্কী নুংশিনজবা পামজবা কনাগুম্বা লৈরম্লবদি করম তৌবা?"

"অদু অদা খঙদে। ঐগীদি হায়জরিবসিনিকো। শকহেন হেক থোরকপগা ৱারোইপোৎ পুননবা হায়নরম্লবনি" হায়রম্লগা শকহেন মমাদু ফৎ তৌদুনা মপান্দা থোকখ্রে।

থানিলদু মকোক ঙাওরকলে। মমীৎতা মশেল মরাং পাইরক্লে। নোংলৈ নুংশিৎ হুমলক্লুনা মানা তোংজরিবা হিদু লূপখিগদগুম ফাওরক্লে। মতোমতা ব্রাহং কয়া হংজরকই—

"থানিল! নঙনা তৌরিবসিবু করিনো? মফম অসিদা অসুম নৈশিন্দুনা করম্বা পুন্সী মরেলনো নঙনা থিরিবা? মীগী মপাল তাংদনা নদোম হিংজবা ঙম্লরোইদ্রা? নুপাদুগা লুহোংনি হায়রিবসিদা শকহেননা নিংঙাই তৌরবদি ? এ, মসি ঐনা খঞ্জবা হায়দুনি। হৌজিক মানা ঐবু নুংশিরমখিদ্রা? মানা নুংশিরি হায়রগা ঐনা মাগা লৌনবা য়াগদ্রা? ঐগা লুহোংবা মমা মপানা য়াগদ্রা। নত্তে। নঙ ঙসিমক য়ূমসি থাদোক্লুনা চৎকদবনি। অসুম্না ব্রাখলদা লূপতুনা ঙহাক লৈরুরগা নুংশা মপী শাংনা হোন্দোকলগা থানিলদু মাগী কাদগী মপাল থোকখ্রে। মানা মতম চঙনা শেমগৎচবা হৈকোল লৈকোল মরক্তুদা চঙশিনখ্রে।

মাগী ইংখোলদুদা য়েংদৌ পাম্বী, ব্রা পাম্বী, কেরা পাম্বীনা অকোয়বা সম্বল ওইনা থম্বনা মনুংদা হৈরাং পাল্লি. লৈরাং শাৎলি হায়বা কনা থোইনা খঙদে. উদে। মফমদুদা শুনা ফংই হৈরম তরেৎ, লৈরম তরেৎ লাংথ্রে মতোল ফাওবা। তুলসীমক্তদা— অঙৌবা. অমুবা, রাম তুলসী।

বসন্ত ঋতু লাকপদা হেনৌ, চুম্রে, চম্প্রা, কোমলা, নবাব পাম্বীদা লৈশাৎ তমলকই। লমদম অসিগী ঈশিং নুংশিৎ লৈবাক লৈহাওদা হৈনজবা লৈরাং মাল্লিকা, মালতি, জাতীকুপ্পী, কবোকলৈ, চীগোংলৈ, কুসুমলৈ, কুন্দোরৈ, চিনিচম্পা, নাগেশ্বর, উরীরৈ মফম চানা চানা থাখিবদু মনীং তৌবা লৈশাৎ

তমলকই সিদা। হৈরাং লৈরাংগী মনমদু লোৎশিনদুনা থম্বা য়ারক্তে। লৈনম ফংবদা লাকই খুঞ্জা চনুরাশিং হৈরাং লৈরাং হেকপা লাইরেম্মা লাইরেম্বীদা কৎচনবা।

মতম মতমগী হৈরাংশিং হৈখা, মালহৈ, পুংদোল, কফোই, চোরফোন থানিলগী হৈকোলদা শুনা ফংই। লফু পাম্বীদা লফোয়, য়োংচাক পাম্বীদা য়োংচাক চরোং অমত্তা ৱাৎতে থানিলগী ইংখোলদুদা।

নোংপোক চীঙ্খে লংদাইদা লৈরিবা পীকতকপা পুখ্রী মচাদুদা থরো অঙাঙবা, অশংবা শাৎলি। মরক্তুদা অয়োকঙাশিংনা চেন চোংনা শান্নজে।

পুখ্রী মপালদুদনি থানিলনা ফমদুনা ৱাখলদা লূপলিবদু। তৌফম খঙদে। পুখ্রী মপান্দা হৌবা নাপী থৎতুনা ময়াদা চীকই। মচীন্দা মূরূম মূরূম শোল্লি। শকহেনবীনা লংফৈদা চৎলমদাইদা নোংমা মখোয়নী মফমদুদা ফমদুনা ৱারী শাখিবনি—

"থানিল, নঙনা মতমচুপ্পদা নুংশুক নুংজাননা ঐঙোন্দগী থাপ্না লৈনবা হোৎনরিবসি করিগীনো?"

"শকহেন। নঙনা ঐগীদমক খনবা থাদোকউ। নঙগা পীদৎ পাদৎপা ঐগা লাম্বা চান্নদে।"

"থানিল, ঐনা নঙবু নুংশিবসি তৌশিন্নবনি খল্লিব্রা? নুংশিবগী ঈচেলবু ইনাক খুনবগী পলনা থিংবা ওইথোক্তবনি। নহাক ঐবু নুংশিদ্রবরা?"

"পুক্নীসিদা ঐহাক্না নঙগীদমক করিগুম্বা অমত্তুংদদি খুদোল তমলমগে খনবদগী ঐহাক মফম অসিদা লৈরিবনি।"

থাবল ফবা অহিং কয়াদসু লৈকোন্দা শাৎলিবা জাতি, থাবল্লে মখোঙদা কোয়চৎ চৎমিন্নবা য়াওখি। পুখ্রী মপান্দা হৌরিবা শিঙ্গারৈ লৈরাং উরগা থানিলনা হায়—

"শকহেন ! ঐদি শিঙ্গারৈগুম্বনি। ঙসি পোমলিবসি নোংঙাল্লকপদা লোইনা কেল্লমলদৌনি।"

শকহেননা থানিলগী মচীল মেল্লি। মখা হায়হনখিদে।

হৌখিবা থৌদোক কয়াবু নীংশিংলুরবা থানিলদু নুংশা ফুয়না হোন্দোকই। মনাক্তগী লৈতূম মচা অমা ফকতুনা ঈশিংদা লংথখি। ঈশিংদা তারম্বা মাগী মমিদু খূদক্তা মাঙখি।

সন্ধ্যা য়াচঙবা মতম য়ৌরক্লে। শনজেন শনঙাক তৌরুবশিংনা শনবী শন্নাও হোইগৎনরক্লে। শকহেনবীখোয়গী কাওরেল শনশিংদু হোইগৎলুবা নাইদনা থোঙ্গাল লানশীল্লকলে। 'মো' 'মো' খোংলকই। মখোয়বু লুনা তৌবিবা থানিল লৈত্রে ৱাকৎলিমাল্লে। শকহেনবীগী ইমা বাজীনা ফনা কন্না হোৎনদুনসু থানিলবু থিবদি মফংখিদ্রে।

থানিলনা মাগী খাংপোক্কী মপান্দা থোরকলে। ফূমথক্তা লেপ্তুনা থাজগী মঙালনা লোকতাক্কী লাইজ ঈপাক্তুদা য়েরবদু য়েংদুনা লৈরি।

মায়কৈ মরিদু পুমচীক চীকই। লেমলৈ ঙাশিংসু মচা-মশু কোন্দুনা পোথানখ্রে। লোক্তাক পাৎকী ঈথৎশিং থাঙ্গা, ইথিং, করাংগী চীং মচাশিংদুসু তুম্বক তুম্বক তুমখুন হুন্দুনা লৈখ্রে। অতিয়াগী নোংপোক চিদাইদা সপ্ত ঋষি

মণ্ডলনা তগুপ তরেংনো ঙাল্লি। অৱাং থংবা অতিয়াদা ধ্রুবতারাসু থোকলি। নোংলৈ নুংশিৎনা ফুমথক্কী থাঙপোকশিংদু মচোই·মচোই তাহনখ্রবদা ধ্রুবতারাগী মতেংতনা থানিলনা মায়কৈ লেপচবা ঙমদুনা লাক্লিবনি। মদুগীদমক মহাক্না ধ্রুবতারাদা তৌবীমল খঙবা উৎতুনা খুরুমজে।

অতিয়া য়াইদা ফৈগাক ফৈনা নিংথৌ তুরেল চেল্লি। মশীং থীঙমদ্রবা থৱানমিচাক্না তগুপ তগুপ মমীৎ খৎলি। নোংইন চেক্লাসু তুবৎ তুবৎ পাইরি। ফুমদা হৌরিবা শীংনাংনা নোম্না নোম্না জগোয় শারি মালংগী শত্থম ফংবদা।

থানিলদু ফনা কুইনা তরংমালংদা লৈরুই। নামিবা নুংশিৎনা মশাদা য়েরকপদা অঙ্গীংবা ফাওরকই। মহাক মঙগী সংসারদগী হন্দোরকই।

থেঙজিল্লক্লবদা মহাক খাংবোক মনুংদা চঙশিল্লে। ফমুংদা হীপথরে। মমীৎ উইশিল্লে। তুম্বদি য়াবা কৌবা লৈত্রে। হৌখিবা পুক্সীগী তাংককশিংদু নীংশিংলুরগা মথম্মোয়দা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ হৌরকখি। য়াম্না ৱানা নোংঙানবা ঙাইখি।

নোংঙাল্লে। লোকতাক লাইরেম্বীনা অনৌবা ফীজোল হোংলমলে। য়াহৌ ঙনবা চেকলাশিং মচীঞ্জাক থিবা, চাকতাবা পাইরক্লে। লেমলৈ তানবা খুঞ্জা কয়াসু খূৎতা নৌবু পায়দুনা ৱাকয়ৈ হিবু হোন্দুনা পাৎয়ায় তম্না খোঙশান্নরক্লে।

অনৌবা আশা অমগা লোয়ননা থানিল হৌগৎলে। নহালমখৈ থাকলম্বা কোই, শম ককথৎখ্রে। মতম কুইনগী তুংদা থানিলদু ইম্ফাল তম্না হাইগৎখ্রে। হোসপিতাল তম্না চঙশিনখ্রে।

থানিলগী পুক্সীদা ঈশ্বরনা অমুক্তা থৌজানবীদে হায়না মানা খঞ্জবনি।

অদুবু মাগী ঈ য়েংবদা মাগী ব্লদ গ্রুপ ও নেগেটিভ ওইরম্বসিদা ঈশ্বরনা মঙোন্দা থৌজানবীরে খঞ্জখি।

সন্ধ্যা মতমনি। হোসপিতালদুগী চঙফমদুদা লৈরিবা যিশুগী মূর্ত্তিদুদা মৈ কৎনরি। মদু অনাবা সেবা তৌবা লাক্লিবা মাগী মরী মতানা ন্যরিবদু ফগৎহনবীয়ু নিজদুনা কৎলিবা মৈরানি।

হোসপিতালদুগী মমাঙদা লৈরিবা লম্পাক অদুগী কাচিন মরিদা লৈ-শু য়াম্না শাৎলি। লমপাক্কী মচী মচীদা নাবা ফগৎলকপা মীশিংদুনা মাগী মাগী মরী মতাগা ৱারী শাদুনা ফমদুনা লৈ। খরনা শাজেল ওইনা অকোয়বদা হঙ্গৎ হন্দা চৎপসু য়াওরি। মখোয়গী মরক্তুদা শকহেনবীসু ৱাকিং চৎপদু য়াওরি। হোসপিতাল অদুদা লায়েংদুনা মশা ফগৎলকপনি। মাগী মপুরোইবনা মাবু শেন্নবীদুনা শাজেলদু তৌরিবনি। হোসপিতালদুদা অনাবা পুদুনা লাকপসু য়াওই। লায়েংবদগী নাবা ফরবা খরসু হোসপিতাল থাদোকতুনা চৎপা য়াওনরি।

মতমদুদা নোং মরীক মরীক চুবা হৌরকই। নোংদু য়াম্না থুনা কনখৎলকখি। শকহেনবীদি নাবা ফগৎলে হায়বদনি কন্না চৎপা ঙম্বা নৎত্রি। লম্পাকতা ফমলম্বশিং ফুক ফুক হৌগৎতুনা চেনশিন্নে। মাদি চেনবা ঙমদবনা চোৎপা তারে, অদু ওইরবদি অমুক লাইহৌ তৌখৎলক্কনি। খূদক অদুদা চন্দ্রকুমারনা শকহেনবীবু পোদুনা থুনা য়াঙনা হোসপিতাল মনুংদা পুশিল্লি।

মাগী কেবীন য়ৌরে। টারেলনা মাগী চোৎলিবা মশাদু তৈথোকপীরে। অকংবা ফি হোংদোকহল্লগা শকহেনবীবু ফমুংদা হীপথহল্লে।

মপুরোইবদা তৌবীমল খঙবা উৎতুনা শকহেনবীনা হায়জরকই—

"মহোয় বাবানা ঐগীদমক ওঙ্থোক্লা ৱাবীরেদকো। অসুক কুইবসি লায়েংশঙ অসিদা তূমফম চাফম খঙদমখৈ ঐগী সেবা তৌবিরক্লি। অসিমক্তনা ঐবু নাবা ফহনবিদুনা অনৌবা মপোক অমা নহাক্লা ফংহনবিরবনি।"

"মসি ঐগী তৌফম থোকপনি। নঙবু অনৌবা মপোক ফংহনবিবদি ঐহাক নত্তে। মাগী কিদনী লেম্না পীবিদুনা নঙগী নথৱায় কনবীবা নুপাদুনি ঐখোয়না তৌবীমল খঙবা উৎকদবদি।"

"মহাক অদু কনানো, কদায়দা লৈবগে?"

"ওপরেসন তৌরবা মতুং নুমীৎ খরনি লৈরগা মহাক ঐখোয়দা তাকলমদনা হোসপিতালদগী চৎখিরমলে। মহাক কদায়দা লৈরমগদগে খঙদ্রে।"

"ঐগী কিদনী শিনবগী মতাংদা ঐবুদি করিসু খঙহনবীদ্রবনি। মদু করম্না তৌখিবনো হায়বদু হৌজিক্তি ঐবু তাহনবীরো।"

"মদু শাংখ্রবা ৱারীনি। লীরগে তারো ঙসিদি।"

শকহেনবীনা মপুরোইবনা ফম্লিবা অদোমদা মশাদু চেপশিল্লকই। চন্দ্রকুমারনা মাগী ফৈজূপতু চিংখৎপিরগা মখূৎতু পায়বীরদুনা ৱারী হৌরকই—

"নঙগী নশাগী ফিভম হেন্না ফৎচিল্লকত্রবা অদুদা ডাক্তরনদি কিদনী পীরো হায়না তকশিল্লকখি। অদুগা কিদনীদি অমত্তা ফংবা ঙমখিদে। শেল ফংনীংবা মীওই খরনা মশাগী কিদনী য়োনগে হায়না লাকখি। অদুবু মখোয়গী ব্লদ গ্রুপকা নঙগীগা চান্নদে। ঐগীসু নঙগীগা চান্নদে। অদুদগী ঐনা খবর কয়াদা নঙগী ফোটোগা কোন্ননা কিদনী অমত্তং দান তৌবীনবা হায়জখি।

খবরগী পাউ ফংবদগীনি হায়দুনা মণিপুরদগী নুপা অমা লাক্তুনা মাগী কিদিনী নামা পীরম্বনি।

"মাগী ব্লদকা ঐগীগা চান্নব্রা?"

"অং। ব্লদকী গ্রূপ চান্নবতা নত্তে। টিস্যুসু ৬৫% পারসেন্ট য়ৌনা চূনরমই। ডাক্তরনা হায়বদি অসুন্না চান্নবসি পঙনা থোকপা নত্তে।"

"মঙোন্দা শেল কয়া পীখিবগে?"

"মহাক্না শেল লৌ হায়বা য়াখিদে। মানা অসুন্না তৌরমলিবদু করিগীনো হায়বা ঐ ভাব তাদে।" শকহেনবীনা হেন্না খঙনীংবা পোক্লদুনা—

"মহাক্কী মমিং করি কৌবগে? মশক মতৌ করম তৌবগে? কদায়দগীনি হায়বগে?"

"মহাক্কী মমিং থানিলজাও কৌই হায়। মহাক মশা মউ য়াম্না ফৈ। ৱাং-চাউই। ৱা তপ্না তপ্না ঙাঙই। মতম অমদা মহাক ঐখোয়গী থংনবা খুল হাওরং কৈরেলদা লৈরমই হায়।"

শকহেনবীদো মখা অমুক তারকখিদ্রে। তপ্না তপ্না অতোপ্পা নাকলদা চেপখ্রে। ○

# বাসন্তিগী থম্মোয় লায়না

"ইমা! হো ইমা! মী লাকএ, মপান্দা থোকপীরকও।" ইচানুপীনা ঐবু কৌরকই।

মদু অয়ুক্কী চিনখ্রবা তাঞ্জাদনি। ইমুংগী ৱাইরম শীৎপা, ফমুং-ফানুং লোইশিনবা, ঈশিং শোকপা, চাকঙন থোংনবগী খুদোল লৈতাদমখৈ থবক নোমলিঙৈনি। কনা উন্ননীংদ্রবা তাঞ্জাদুদা ঐবু উন্নগে লাকই হায়দুবু কনা ওইরিগবা খন্না মপান থোরকই।

মীয়াম চল্লবা নুপা অমা শুমাঙদা লেপ্তুনা লৈরমই। মীদু ৱাং-চাউদে। কুচু পান্দে। পোক হৌরবা শমদু অমুবা শংলুরমাল্লে ঙাংলি ঙাংলি চুজাক মশমদু

লোইনাইদ্রবা ৱারী

ঙাইরে। মখুৎ অনীমক ফুরীৎ খাউদা হুমজীন্দুনা লৈরমই। চহী মতাংদুগা চান্নদনা নহাগী লেদর জেকেট অমা লীৎলি।

মহাকতু কনানো হায়বা ঐ খঙবা ঙমদ্রে। ঐনা হংই—

"করি হায়বীগদবনো?"

"ঐ বাসন্তিগী নুপানি, লাংথবান্দগী।"

"ওঃ ঐদি কাউথোকলুরে। মাঙ্গোলদা মোড়াসিদা লেঙশিনবীয়ু।"

নীংশিংলকই— মহাক ঐনা নোংমা উনখ্রবনি। মদু বাসন্তিগী শোরাৎ নুমীৎনি। চুরূটতু চিংলগা মৈখু কামথোক্লবা তুংদা হায়রকই—

"সুম তৌবনি। ঐহাক্কী গাড়ী জোঙ্গাদু ঙরাং ঐগী ইচানুপানা মমান্নবশিং হাপচিন্দুনা অথাপ্পদা থৌদোকলুরমান্নে। ঐসু থাউ য়াওই য়াওদে য়েংহৌদ্রে। গাড়ীদু অসিব্রাইদা লেপ্পুনা লৈহৌরে। লূপা চাম্ময়াঙ্খ্রেদং লৌজগে। হোরেন ইনে রাধেদা য়ৌহনজরক্কে।"

"এঃ য়ানি য়ানি" হায়রম্লগা ঐহাক পৈশা লৌথোকলুনবা ইমুংদা চঙই।

ঐনা খল্লি —ঐঙোন্দা পৈশা পূগে হায়রিবসি মহাক ইকায়রমগনি। মাগা ঐগা য়াম্না খঙনবসু নত্তে। থাউ লোইথোকখিদুনা পৈশা ফরক তাদুনা তৌরিবনিকো। ঐসু নোংমা কৈথেলদা লূপা তরাদং ব্রাৎপদা পূফম লৈতদুনা য়াম্না ব্রাখি। কোম্ভুংদা ব্বা য়োনফমদা চঙদুনা ইবেমুদগী লূপা তরা পুরকখি। খন্না খন্না পৈশা থি।

ইদোম হায়জে— "শিংজমৈ তোম্বীনৌগী মচা লুহোংবগী পোৎয়েং পীনবা লূপা চামা থমখিবদুবো কদায়দনোনে। উপু কাচিনদরা, মোমপাক মখাদরা

থমফম কাউরেদো।”

লূপা চামদু উচিন্না ফংলে। লূপা য়াখ্খেদি ঋাথল্লি। কদায়দগী লৌরুদোইনো অসিদি। মহোয় মপাসু খ্বাইরমবন্দদা দুকানদগী পোৎচৈ লৈবা চৎখ্রি।

মনীংথোঙদা থোকলে। ইকাই ইকি হুন্দোক্লুনা থাংজমগী ইন্দোল কেতুকীদা হায়রে— “ইন্দোল লূপা য়াখ্খেদা পীয়ু। মহোয় মপা লাক্লগা ইন্দোলগী কৈথেল কাবা নংনবা থিনজরক্কে।”

হায়দোকতনা হায়রুবনি। করি মরমগীনো হংলক্তে। হরাও হরাওনা শেঙ্গাওদগী তরা চৎপী মঙা লৌথোক্লুনা পীরকই।

ঐনা পৈশাদু পুথোক্লুনা থোরকপদা বাসন্তিগী নুপাদু মখোঙ নামনা মফৈগলদা থাঙ্গৎতুনা মফৈ নীকতুনা লৈরমই। পৈশাদু লৌরগা ঋাহৈ অমত্তসু হায়রমদনা চৎখি।

বাসন্তিনা হিংলিঙৈদা মাগী নুপাদা ঐখোয় অনী তিন্নরকপগী ঋারী শোয়দনা লীরমগনি। অদুননি মানা ঐগীদা লাক্লিবদু। চুমই ঐখোয়নী পীকলিঙৈদগী লুনা তিন্নরকই। শিংজমৈ চোংথাম লৈকায়দা য়ূমলোন্ননা লৈমিন্নরকপনি। স্কুলদা তল্লিঙৈদা ফাল অমত্তদা ফমিন্নরকই।

মরূপ ওইরবসু ঐখোয় অনীদি য়াম্না খেন্নে। মানা কুচু ঙৌই, ঐনা মুই। মানা মী পীকতক তৌরদুনা মশাদু তবা তবাই। ঋা ঙাঙ্ববদা মাদি মেঙই, ঐদৌনা তৌদে। ঐনা চেন-চোংদুনা শান্নবা পামই অদুগা মাদি শান্নবা য়াওসি য়াদে। স্কুলগী হাফ থাবদা ঐনা কব্বাদি শান্নবা য়াওই, ঐনা শান্নবদু মানা য়েংদুনা লৈ। বাসন্তি য়ামনা ঋারৌগল্লি। ঋা খরদং হেক কনখৎনবদা পেহৌ পেহৌ

তৌই। মাগী হাকন চঙবদা ঐহাক মী অতৈগা হেক হেক উংখ্ৎনৈ।

বাসন্তিগী পাবুংদি থিকাদার অচৌবনি। মখোয়গী অকে অমৌগী পোং-চৈ উপু আলমিরা ফিরোল লৈ। ময়ুমসু মথোল অনীগী দলাননি।

ঐগীদি ইচিন ইনাউ য়ামই। পাবুংনা স্কুলগী ওজানি। ঐহাক মেত্রিক পাস তৌরগা মখা তমথবা ঙমখিদে। বাসন্তিদি এম এ ফাওবা তম্লগা তুংদা কোলেজগী ওজা ওইখি।

নুপীজা ওইবীগী পুন্সীদা পলেম পম্ভৌগী নাক্তা লৈরিঙৈগা ময়ুম পাল্লবা তুংগা খেন্নবা য়াম্না লৈগল্লি। ইনাক কৈরাক খুনবা পলেম পম্ভৌগী নাক্তা নুংঙাইনা লৈজরকপী কনাগুম্বীসু ময়ূম পাল্লবদা মপুরোইবগী তায়োন্নবা ৱাখলদগী নুংশুক নুংজাননা পুন্সী লেনবসু ময়াওই। লৈত লায়রনা হৌরকপী কনাসু মপুরোইবগী নুংশি মীৎয়েং মরুমদা হৱাও তয়াম্না লৈবসু কয়া অমনি। মসিমক বাসন্তি ঐখোয়নীগী পুন্সীদা থোকল্লি।

য়ুম পান্নখ্রবা তুংদা ঐখোয়নী তোয়না উন্নবা ফংখিদ্রে। য়ুমগী উৎসব যজ্ঞনচিংবা থোকপদা বার্ত্তণ তৌনৈ। লৈকায়গী লুহোং-খোংদোংবা চৎপদা উন্নে, ৱারী শান্নে।

নোংমা ঐখোয় লৈকায়গী ইনে রাধেনা ঐগা উন্নবদা তমলকই—

"বাসন্তিদু ঐখোয়গী লৈকায়দা ইংখোল অমা লৈদুনা য়ুম শারে।"

"করিগীনো ইনে? মাগী নুপা ময়ুমদি লাংথবান্দা লৈবদাইনে?"

"মাগা মাগী নুপাগা মত য়াম্না চান্নদ্রমাক্লে।"

"লৈমসিজ ওইদুনা তৌমাক্লে, বাসন্তিগী ইমাসিনদি শাগৈ-জাৎ ফবা

ইমুংগী মচানি হায়দুনা ময়াদুবু য়াম্না থাগৎলি । মরমচৎতি অহলশিংনা খঙলুবদি নত্তে।”

বাসন্তি কন্না নারে হায়বা তাদুনা নোংমা ঐ মাগীদা চৎলুই। হাট শোকপনি হায়। মবুংনা পুদুনা বোম্বেদা লায়েংবা চৎকনি হায়।

মচানুপা য়ায়মদু ঙৌরোক ঙৌরদনা মখজাইদু ইপোঙ হেক পোঙলদুনা ওঙ্খোকনা নুংশিখ্রে। মাঙ্গোলদা ফক অমদা লাইরিক ওঁরাইদুনা লৈরমই। মনাক্তা ফমথরে। ঐনা পুরকপা বিস্কিটতু মখুত্তা পী। মাগা ৰারী শাদুনা ঙহাক লৈ—

“নহাক ক্লাস কয়াদা তন্নি?”

“ক্লাস-ফাইভ।”

“য়ুমদা বাবানা লাইরিক তাকপীব্রা? ইমানা তাকপীব্রা?”

“ইমাদি নারে।” মথৱায় নুংঙাইতনা হায়রকপনি। ঐগী ৰাহংগী পাউখুম নত্তে।

“বাবাদি কদায় চৎখ্রে?”

অঙাং ওইবগী হৌনশা ইপঙ পঙনা হায়দোরকই—

“ঐখোয় বাবানা য়ু থকলক্লগা ঙরাং ইমাদা ফুরিবা।”

মখা তারকত্রিঙৈদা মমা থোরকই। “ননে ভানু লাকই হায়দু কদায়নো?”

“ইচাগা ৰারী শারমলিবনিনে।”

ঐবু খুৎ পায়দুনা চিংশিল্লগা মাগী ফমুং মনাক্তা থারিবা সোফা অদুদা ফমহল্লি। মচানুপীদা—

“ননেগী চা থুনা পুরকউ।”

মহাক কুচু ওল্লে। ময়াঙসু য়াম্না কংলে। মাগী হৌনবী নোকম্নি নোকমিদি তৌই।

ঐখোয়নী ব্বারী শানৈ। মানা হায়—

"ভানু, নঙগী পুন্সীসি ওহ্নোকনা কল্লকই।"

"তলব চাবা শেল পায়বা নখোয়না লায়রবা পান দুকান ফম্বা ঐখোয়গী পুন্সীবু করম্না কল্লকলিবা?"

"শেলনা নুংঙাইবা য়াবা নত্তেনে। নুপা নুপী অনীনা নুংশিননা তাথোক তাশিন তৌদুনা শান্তি ওইনা পুন্সী লেনবদুনি ঐনা কল্লকইদি।"

"নঙনা করি করিনো পঙখন হেক খন্দুনা তৌরিবনি। নথবায় নুংঙাইনবা থবক খরসু তৌবা ফৈ। ঐখোয় অনী লৈশাবী ওইরিঙৈদা নখোয়গী য়ূমদা নমখিবা ফোটোদু লৈত্রবরা? ঐগীদি হৌজিক ফাওবা অলবমদা লৈরি।"

মাগা ঐগা ফোটো নম্মীন্নসি হায়না মানা হৌদোরকখিবনি—

"ভানু, ঐখোয়নি ফোটো নমসিদো।"

"ফৈনে। অদু করম্না নমসিগে?"

"নঙনা নুপা শারো। ঐখোয় তামোগী খোঙ্গাও অশাংবসি শেৎলো অদুগা তুপীসি উপলো।"

"নঙনা করি শেৎতোইনো?"

"ঐদি মেম শাদৌরিনি। স্কট শেৎতোইনি। হেন্দ বেগসি পায়দোইনি।"

মচানুপীনা চা পুথোরকই। মমাগীনা শঙ্গোমগা হীদাক গুলীগা। মচানুপীদা অলবম পুথোরক্লবা হায়খি।

ঐখোয়নীনা মেম সাহেব শারগা নমখিবা ফোটোদু মাগী অলবমদুদসু য়াওরমই। নহা ওইরিঙৈগী হৌখিবা পুক্সীগী নুংঙাইরবা তাংকক অমদা ঙহাক ঐখোয়নী লৈমিন্নদুনা নোকমীন্নখি।

তোম্বীনৌ মচাগী লুহোংবা চৎপদা ইনে রাধে উন্নে। বাসন্তিগী নুপানা মঙোন্দগী মানা লৌখিবা পৈশা শিন্নরক্কনি হায়বদু নীংশিংলকই।

"ইনে! বাসন্তিগী নুপানা ইনেদা ঐগী পৈশা শিন্নরকপ্রা?"

ইনে রাধেনা মমীৎ লংখৎলদুনা হায়রকই— "কনাগী পৈশা?"

ঐঙোন্দগী শেল পৃখিবগী ৱারীদু মরীক চূন্না ইনেদা লীরে। মানা শাউনা খুমলকই—

"মহা চগুালদু নঙগীদা য়ৌরক্লবোইরে। শিগ্রবা নুপীদুগী মিং শীজিন্নদুনা, মচানুপা অদুবু লমহেনবা তাহন্দুনা শিগৈজনদুনা খঙ্গন খঙনবা মীশিংদগী শেল লৌবা হেক হেক চৎলিবনি।"

"এ! মহাকতি সেনসস অফিসতা থবক তৌই হায়বদাইনে?"

"ত লব চাদুনা কৈদৌনি? ময়ু থকপসু কোন্নবা নত্তে। মাগী জোঙ্গা থৌরকই হায়বদুনা নঙোনদা হায়জিল্লম্মিবনিনে। একাগাড়ী ফাওবা মাগীদি লৈতবনি।"

"ঐগী পৈশা হল্লকপদি লায়রি। ইচাশিংদু করম্না তৌরিবগে হায়বা নোংমতসু হংলুবা ঙমদ্রে।"

"মচানুপা অহলদু বি এ নি। মানা মমাগী মহুত্তা সরকারগী থবক অমদি ফংজরে। অদুনা মানা ইমুংদু পুদুনা লৈরিবনি।"

"মপাদুনদি মখোয়বু য়েংশিনদ্রবরা?"

"মহা পাপীদুদি লৈকায়গী নুপী অমগা ওক্তবা লমচৎ চৎলমই হায়দুনা মৈরা পায়বীশিংনা খোঙ্গোয়নখ্রবনি। অদুদগী ময়ূমদা হঞ্জিল্লকত্রে। নুপীদুগা লোয়ননা হোটেলদা লৈখ্রে। মাগী অদুগুম্বা মরমচৎ অদুনা বাসন্তিগী থম্মোয়গী লায়না ওইহনখিবনি।"

তাঞ্জাদুদা বর থোরকপগী ধোল খঙথীন থীল্লকই। ইবানীগী ৱারীদু খঙলোই লোইশিল্লি। ()

# ঐগী খুঙ্গং

ঐনা বসতগী হেক কূমথবগা চীংখোঙ তম্না থেকচিল্লিবা লম্বীদুদা চৎপা হীই। ঙসাইমখৈ বস মনুংদা হুমাং প্রোক প্রোক শৌরকপদু খরা শাফরে। খরা চঙশিনবদা উরে মাঙদা পাক্লবা লবূক। মদু লম্বীগী নাকল অনীদা চীংয়া য়ৌবকাও শনদোকখ্রি। কুমদি ফন থেঙলবনি অদুবু লৌ তানদ্রি। নোং তাদবনা ওইবা তাই।

চীংয়াদা চেল্লিবা লৌখোংদু উবদা নীংশিংই নোং চুবা মতমদা ইনে লোইদাংনা মফমসিদা ঈল হেক হেক চিংবদো। ঐগীসু মানা ফি মচেৎনা ঈল মচা শাবীখি। মাগী মতুং ইন্দুনা তুঙ্গোলদগী ঙমু মচা, ঙামেম্মা খরা লৌরগা

লোইনাইদ্রবা ৱারী

ঐগী ঈলদা হাপচিল্লি। মদুদা ঐহাক য়াম্না হরাওখি। য়ুমদা য়ৌরগা ঙাদু লীকলীদা হাপচিন্দুনা য়োকই।

মতমদু ঐগী চহী নিপাল মাপলগুম্বা শুরম্লনি নীংই। ইম্ফালদা ঐখোয়গী য়ুমদু মৈনা তুমনা চাকখি। ঐজ্ঞা চাউবীনা ঐখোয়গী পুজারীনি। মানা চাক থোংলগা স্ত্রি তক্কনি হায়দুনা মৈতাল কোথোক্লগা থনম্বদা শুমজীৎকা শম্নদুনা মৈ চাকখৎলকপনি হায়নৈ। ঐখোয়গী য়ুম শাগৎলিঙৈদা লৌ পান্নবা খুড়া সরাংথেম তোমচৌগী য়ুমদা মতম খরা ঐখোয় য়ুমদাংদুনা লৈরম্বনি মফমসিদা।

য়ুমথংনবদা লৈবা ইনে লোইদাংগা মাগী নুপা খুড়া অঙাংহলগনা ঐবু য়াম্না লুনা তৌই। মখোয়গী মচানুপী অমত্তং য়াওজবদু ঐমুক চাউরকপদা শিখি হায়। মচানুপা মনিতোম্বদি ঐখোয় তাম্বীগা লেঙ্গানি। শনজেন শনঙাক ঙমলে। মানা চীংদগী শীং চল্লু রগা কোকথোং মচা মচা ময়ুমদা পুরকই। মানা মদু মচিন মনাউ চীংদগীনি হায়। ঐগীদমক মানা হেত্রোই, হৈজামপেৎ হেক্কুনা পুবিরকখি।

ঐনা হংই "মচিন মনাও চীং হায়দুবু কদায়নো?"

মানা খুদোম্বী থিন্দুনা তাকই— "আদগী সিনা মনাওনি, অমসিনা মচে চীংনি।" ইনে লোইদাংনা পেন্নক মন্দুনা লৈ। মানা হায়—"ইবেম্মা, মচিন মনাও চীংগী ৱারী লীবীগে লাও।"

ঐনা হরাওনা মনাক্তা চঙশিল্লি।

"ৱারীসি মুন্না তাও। নোংমা মনাওগা মচেগা চরা ৱানমিন্নবদা ঙারৌ মুন্নরকপদগী খৎনরকই। অদুদা মনাওনা মচেগী মশম ফোইবীখি। মনাওনা

ফোইদংপীখিবদগী মচেগী শম অমত্তা হৌখিদ্রে। মুনিনা শাপ তৌদুনা মখোয় অনীমক চীং ওনখি। অদুনা ঙসি ফাওবদা মচে চীংদা উ ব্বা হৌদ্রিবসিনি।"

ইনেনা অসিমসু মখা তানা হায়রকই—"নখোয় নচিল ননাও খংনবা তৌহৈদেকো।"

লম্বী চংনা চংনা নীংশিংলকই থৌদোকশিং মথং মথং—

ঐনা ইনে লোইদাংগী মতুং ইন্দুনা এলাং হেকপা হেক হেক চংলি। য়ুম য়ৌরক্লগা ফিগাওদা য়োমলকপা এলাংদু পুথোকই। ইনেনা থিক থিক নোক্লগা হায়—"অঙাওবীসিদি! অসিদি এলাং নত্তে, চাউখোংনি।"

ঐদি এলাংগা চাউখোংগা খেন্নবদু খঙবা নত্তে।

নোংমদি এলাং হেকপা চংপদা নোং নুংশিং কন্না শীংলকখি। ইনেনা মাগী থুম্মোকতু মখুৎ নামনা পায়রে অদুগা নামনা ঐগী খুৎ পায়বীদুনা ঐখোয়নী কন্না চেল্লকখি। য়ুমদা ময়ামনা ঐ মাঙখ্রে হায়দুনা কোইথি থিনরমই। ঐখোয় ইমানা ইনে লোইদাংদা ঙাঙবীখি—

"লোইদাং! অসুক পীক্লিবা অঙাংবু নোং নুংশিং মরকসিদা চীংয়াদা পুদুনা চংলিবা করিগীনো?"

ইনে লোইদাংদু মমায় ঙাঙখি। মানা ঐবু পুবা নত্তে। ঐনা মাগী মতুং ইনবনি। মানা ইমাদা করিসু খুমদে। ঐনসু ইমাদা অচুম্বদু হায়বা ঙমখিদে চৈ কিবদগী। অদুগা ইনে লোইদাংবু মরাল লৈবা মী ওইহনখিবদু ঐ য়াম্না নুংঙাইখিদে।

ইনে লোইদাংগা ইমাগদি য়াম্না খেন্নবনি। ঐখোয়দি য়াম্না নুংঙাইনা

অৱাৎঅপা লৈতনা হৌরকপনি। পাবুংনা থীকা চাউনা তৌবনি। মখোয়গী ইমুংদি য়াম্না লায়রে।

লম্বী অদু খরা শাংনা চৎলবা তুংদা অথাপ্পদা জিগুঘনা পাকখন খনবা মফম অমা উই। লম্বীদা চৎপা নুপামচা অমদা হংই, "মসিবু করিনো?"

"লন্নাইগী চু শুংফমনি।"

"খুল পুম্বগী শুংগদবরা?"

"নত্তে। চুগী লৌকোল লৈবা মী খূদীংনা মরন্নাই ওইনা মেছিন্না চু শুমই।"

কাউদ্রি ঐখোয়না লৈবা য়ুমদুগী শুমাঙদা লৈকায়দুগী চু শুম্বদো।

শন জুরাদু মমীৎ খুমজিনবীরগা কোল্লুদু তকহল্লি।

ঐনা হংই—

"করিগীনো শনগী মমীৎ খুমজিনবীরিবসিবো?"

"মমীৎ খুমজিনদ্রবদি হন্না হন্না উরু উরু লৈবদা মকোক ঙাওগনি।"

লৈকায়গী চু থাবা য়ুমশিংদগী চুদু শনগাড়ীদা মফমদুদা পুরকই। চু অঙাঙবা, অঙৌবা, অরাংবা, পীশক পীকপা য়ানা চীকপা ঙমদবা চু খাগ্রা হায়দুসু য়াওই। তামোচৌ, তাম্বী, বীজয় ঐখোয় য়াম্না হরাওই। পুরকলিবা চু মপুন মপুন্দুদগী ঐখোয়না অমমম অনী অনী লৌবদা মখোয় কনাসু শাউদে। ঐখোয়গী ফমুং মনাক্তা কাচিনদা চুশিংদু পৈশিন্দুনা থমই। ইনেচৌবীনা ঐখোয়দা ঙাঙই—

"কৈদৌনদৌরিনো চুয়াম পুশিল্লকলিবসিবো, চিনখ্রবা ইমুংসিদা। চাবসু ঙমলোইদবদা।"

নুংথিলদা লৈকায়গী মৌনহা, লৈশাবী পাখংশিং চু শুমফমদা লাকই। ময়ামদু ফমদুনা চু শুম্বা য়েংই, ৱারী শাই, চুহিং থকই। ঐখোয় পাবুংচাগা মমান্নবা মরীমঙানা তাঞ্জাদুদা কোল্লুদু তকই। মপাম্বোমগী মসল মত্রং মত্রং কাবদু লৈশাবীশিংদা উহন্নবা ফুরীৎ খূদাং তাখৎলি। মখোয়না য়াম্না য়াঙনা কোল্লুদু উংহন্দুনা লমজেল য়াঙবা, মপাঙ্গল ফবা উৎলি। পাখং লৈশাবীশিংদু পুন্না নোকমিন্নৈ। চুগী মহীদু অর অর শুমথৈ। ঙসাইমখৈদি শননা তপ্না তপ্না ঈনবনিনা মহীদু তপ তপ তারম্বনি। নুংথিল নুংথিলদা চু শুমফমদা তৌরিবদু কুম্মৈ অমনি। নহাশিংনা অদুম তৌরিঙৈদা শনশিংদু শজীক চাদুনা কূন্দুনা ঙহাক পোখাজৈ। মশাদু অমুক তেকখৎচৈ।

চু শুম্বদা নত্তে চু লোনবদুসু খুঞ্জাশিংগী নুংঙাইবা মথৌ অমনি। মদুদি নুমিদাংদা অহলশিংনা তৌই। মৈহৌফমদুগী অকোয়বদা মখোয় ফমই। শীং অচৌ অচৌবা য়াঙশিল্লি লৈরঙদুদা। চাউরবা খাং অদুদা চুহীনা ব্রোং ব্রোং শৌদুনা লৈ। অহলশিংনা হীদাকফূগী তোংজৈদু অমনা অমদা লান্না লান্নদুনা মৈখুদু চিংই। মখোয়না ৱারী জাৎ জাৎ শান্নৈ। মখোয়গী ৱারীশিং মরু ওইনা তম্নলাইগী, হেল্লোইনা মী পুবগী, আসাম চৎপদা জঙ্গলদা মী মরাম ওক্লবগী অসিনচিংবনি। ৱারীশিংদু তাবদা য়াম্না নুংঙাই। অদুবু মখোয়নদি চৈরকই, তাপ্তোরকই অঙাংশিংবু—

"চৎখ্রো চৎলু। চুহীগী খাং অসিদা তারবদি কৈদৌনি খঙব্রা? চুহী অশৌবসিনা নশাদা চোংখ্রবদি করম তৌগনি?"

খুড়া অঙাংহলনদি য়াম্না নুংশিনা হায়বী—"মরম ওকপীনি ইবেম্মদি।

হোরেল চুবা, কৌখা হৈঙাল পুবিরক্কনি, য়ুমদা লৈরম্মু।

চু শুম্বগী মকুদু চুহী লোল্লিবা খাংদা থাদরগা চুহী মুল্লকান্দা লৌথোকই। ইনে লোইদাংনা ল বৃত্তগী তাল্লকপা কৌখাসু চুহী খাংদা হেক হেক থাদৈ। মদুগী মহাওদু হৌজিক ফাওসু কাউবা ঙমদ্রি।

অসুক কুইবসি চৎকে নীংনা নীংনা ঙমদদুনা লা কপনি। চহীকুন হৌখিবা খঙহৌদে। খল্লি খুড়া অঙাংহল, ইনে লোইদাংদু অহল য়াম্না ওইরমলনিকো। ঐগী মরূপ য়াইবী, নাতেক, থারিক, পীশকমচা, থাদোই, তোন্দোনবী, চাউতোন, থোইবা, শঙ্গোয়জাও লোইনা ঐগুম্না মচা মশু লৈনরল্লনিকো।

মখোয়গা লোয়ননা লাই হরাওবা য়েংবা চৎপদো। লৈকায়গী মৌ লৈশাবী পাখং পরেং শানা জগোয় শা শাদুনা চৎলগা পুখ্রী অচৌবদগী মাইবীনা লাই লৌখৎপদা।

পুন্নমকতু ঙরাংতা ওইরবোই নীংই। মেরাগী লৈ হেকপা, শুমাঙ হূরানবদসু ঐ ময়ামগী মতুং ইন্দুনা য়াওরকই। ইনে লোইদাংনা লৈশাবীশিংদা হায়— "মেরা থাদা মীগী শুমাঙ তৈরবদি মহৈ য়াম্না চাউবনি।"

লৈশাবীশিংনা ঙনতা হৌরগা মাগী মাগী য়ুমগী শুমাঙ তৈবা লোইরগা থংনবা য়ুমগী শুমাঙদু মপু হৌগৎত্রিঙৈদা ফজনা ৰাই তৈথোকপী। অদুবু শুমাঙ হূরানবা হায়নৈ। পোৎ হূরাল্লগা লাইদা কৎপা মহৈ চাউই হায়না থাজনৈ। অদুনা মপু হৌগৎনদ্রিঙৈদা মীগী ইংখোল দগী লৈ হূরাল্লি।

চাউতোন, থোইবখোয়না মরোল অমা। মখোয় নুপামচাশিংনা মীগী য়ুমদা

থানবা মেরা থাউমৈগী থৌরী হূরাল্লগা পুরকই, নবাব হূরাল্লকই। লৈশাবী পাখংনা অদুন্না হেকলকপা হৈ লৈদু মেরাগী লাইরিক তাবা, শয়ন শকপদা কৎলি। অহলশিংনা মদু য়াই। মদু খুঙ্গংসিগী চৎনবী অমনি।

য়াওশং মতমদসু অদু মঙায়। নুপামচাশিনা বা হূরাল্লী, চু য়াল্লী, কোবী থেকই লোন্না। মদু অমুক মখোয়না থোংদুনা চায়। নোং লাউবা নুমীৎতি মতা অমনি। নুমীৎতুদা য়াওশং কোয়বা থোরকতবা মীশিংদু ফৈরেং তুরেং অকামপেৎ ঙাঙদুনা চৈ থাংই। য়ুমথক্তা লৈতুমনা থাজিল্লী। মদুদা করিসু হায়নদে।

য়াওশং কোয়বদা খুনথক মচাগা খুনখা মচাগা লাউশিন্নে—

"কপলাক কোৎপী লুখম কায়। শ্যামরা শমজিরৈ। নিঙ্গোঙনা শেৎ শেৎ, লোংখ্রৌনা দম দম। নুপামচা থোক্লবদি থোরকউ। নুপা থৌদাং য়েংনসি।"

নোংমসু লাই হরাওবদা নুপীশিংনা লমজেল চেনবা নুপাশিংনা য়ুবী লাকপী শান্নবা উখি। য়ুবী লাকপী শান্নবদুদা মখা লৈকায়গী তোলমুনা য়ুবী পুরগা চেল্লক্তুনা লাইমাঙদা খুরুমই। খুল্লাকপনা মথক্তা ঙবোং অমনা কুপ্পী। কয়াদা নুংঙাইখ্রবা খুঙ্গংগী হরাও কূম্মৈনো।

খরা অমুক চঙশিল্লকপদা লম্বীদু থেকচিল্লকই। চীংয়াদু য়ৌগদৌরে। লম্বী চুথেককী ইংখোলদুদনি অতোমগী হনুবা চৈগনবদুনা লৈরম্বদো। অতোম হনুবা হায়রগা নীংশিংলকই। মানা ঐখোয় অঙাংশিংবু হেক উবগা হেক্তা চৈ থাংবা হৌই।

"নপা থাংখ্রে মচাশা। নখোয় অসিদা লাঙলরনু। চৎখ্রো চৎলো" অসিনি।

ঐদি খ্বাইদগী পীকপনি। তামোচৌ, তাম্বীগী মতুং ইন্দুনা চৎপনি। করিসু

তৌজদবা ঐঙোন্দসু হেক্তা চৈ। অদুনা ঐখোয় কনা অমত্তনা হনুবদু নুংশিদে।

ঐখোয়না শান্নবা চৎপদা অতোমগী শুমাঙ ফাওরবদি হনুবগী চু ফৈদোমদগী খ্বাইদগী ফজবা চুদু মহাক উদ্রিবৈঙেদা য়ানা অমুক অমুক চীকলমই। মাগী মচৈগন অদুদা চুদু থেকলুবদি ঙম্বা নত্তে। মদু উরগা মহাক্না মখোয়দৌ শাউগৎতুনা অমুককা হেন্না চৈ থাংবা হেনগৎলকই। মাগী মতৌদু ঐখোয় ময়ামনা মখোয়গী কৈ মখাদা লোৎতুনা য়েংই।

লম্বী চুথেক অদুদগী চীংখোঙ ফাওবদি কোলাস থারে। চীংয়াগী ঈশিংখোং অদুসু পুখ্রী ওইনা শেমগৎলে। মদুগী চিদাই অমদা সাইন বোর্দ থেৎলি সরকারগী ঙায়োক ফার্মনি হায়না।

চীংখোঙ অদু য়ৌনা চঙশিল্লি। চীংগী মখা থংবদা লৈবা লবুক অদুদি য়াম্না কূৎলি। নোং তাবা মতমদা মফমদু ঈশিংনা পুমলং লংবনি। নোং কন্না খংচু চুরবদি য়ুমদগী মী অয়াম্বা লবুক্তা খোংদা ঙা ফাবা চৎনৈ। খোংবান্দগী উকাবী য়াম্না কাখৎলকই। মদু য়েংবা য়াম্না নুংঙাই। তামোচৌ, তাম্বীদি লোন্না হেক্তা চৎখি। খোই চোপ্পুই হায়দুনা ঙমু, উকাবী চৈনা লেংদুনা পুরকই। ঐবুদি ইমানা চৎহন্দে। ইমানা হায়—

“নুপী নঙনা নুপামচাগী মতৌ তম্বা য়াব্রা? নখোঙ চোৎলগা নারবদি কমদৌনি?”

ঐহাক মখোয়গী মতুং ইন্দুনা য়াম্না চৎনীংখি। দারী মথক্তা লেপ্লগা মখোয়না চৎখিবদু য়েংদুনা লৈ। লবুক্তা উথুমনা “তুম” “তুম” হায়না খোংবদু তাই।

চাউতোনগা থোই বগনা নাউশেক, তেংবী ফারগা পুরকই। নাপীদা থুবা

নাউশেক মরূমসু পুরকই। মখোয়না পুরকপা নাউশেক, তেংবীশিংদু মশা থুদেকপিরগা মৈদা লৌই। মদু মখোয়না ঙারৌ ওইনা চাক্কা চায়। মদু উবদা ঐ নুংঙাইতে।

মখোয়না চাবা চাক্তু ঙাওই অদুগা ঐখোয়গীনা ঙৌই। ঐনা চাক অঙাঙবদু চাগে হায়না পাবুংদা তকশিল্লি।

পাবুংনা হায়— "অপঙবীসিদি। মসিদি তাউথবী হায়বা চেঙদুনা থোংবনি। চাবদা হাউবা নত্তেনে। ঐখোয়না চারিবা অঙৌবা চেঙ অসি লৈবা ঙমদদুনা মসি চারিবনিনে।"

ঐদা নত্তে। তামোচৌ, তাম্বীসু, বীজয়সু চাক অঙাঙবা চানীংই হায়।

নোংমদি ইমানা— "লোইদাং, সে সে ফৌরেন চাকসি চানীংদে হায়রিনিনে অঙাংশিংনা। ঐনা পুরক্লিবা চেঙসি লৌশিল্লু। নঙগী তাউথবী চেঙদু মেরুক অমত্তা পীরকউসে।"

অঙাঙবা চাকতু চারবা মতুংদা ঐখোয়না মদু চাগে অমুক হন্না হায়খিদ্রে।

খুঙ্গংগী চমখ্রবা নুংশিখ্রবা শক্তম অদু পূক্নীংদা অদুম য়েক্লুনা লৈরি। অদুবু খুঙ্গং অসি য়ৌরকপদদি অসুক্কী মতীক হোংলমলে। খুড়া অঙাংহলগী য়ুমনা কদোমদা, অতোমগী ইমুংনা কদায়দা, সরাংথেমগীনা কদোমদনো মফম অমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। কনাদা হংগদবনো হায়বসু খঙদ্রে। মশা মরেং ফন্না হৌরিবা খোংনাং অদুগী মখোঙদা চঙশিন্দুনা ঙহাক ফমথরে।

কাংশি মখোল অমা তারকই। লৈথোক্লুনা য়েংলুই। ইউনিফোর্ম শেৎপা নুপীমচা নুপামচা ময়াম চেঙ্থোরকই।

"ও। মফম অসিদা স্কুল লৈরবোইরে। খুঙ্গংসি চাউখৎলমলেদনা ।"

ইতোমতা হায়জবনি।

মতমদুদদি খুলশিংগী অঙাংশিং তোমবা, চাউবা কনা অমতা লাইরিক তমদে। মখোয়না তৌবা হায়ববু খোই চোপ্পা, লূ থুম্বা, শন শেনবা, শীং চনবা অসিতনি।

নুপীমচাশিংসু লাইরিক তমদে। মখোয়দি লৌ কূমই। অতৈ মতমদা ফনেক লোপ্পী। লাইশ্রমগী ইচে থম্বালশংখোয়দা মাগী মমান্নবশিংদুনা পরেং ওইনা মাঙদা শামুক থাদুনা ফনেক লোনবদু উখি। নুংথিলদা মখোয়না শিংজু শুদুনা চাবা, সোলোম মেৎতুনা চাবদা ঐসু কয়ারক য়াওখিবনি।

হৌজিক্তি নুপামচাসু নুপীমচাসু লাই রিক তম্বদু উবদা ঐহাক নুংঙাইজে।

নুমীৎ থেঙজিল্লকলে। ঐনা উন্ননীংবা মীশিংদুসু উন্নবা ফংগনি খল্লে। লেংবান্দা খাউদু য়ানশিল্লগা স্কুলদু তম্না চঙশিল্লি। নহা ওইরিবা ওজাদুদা হংই— অতোম তোমচৌবী, নোংথোম্বম অঙাংহল মাগী নুপী লোইদাং, সরাংথেম ইমুংগী ব্রা মথং মথং।

ঙহাক খল্লবা মতুংদা মহাক্না য়োৎনা গেট পানবা য়ুমদুদা খূৎনা থিল্লগা—

"মসি প্রধানগী য়ুমনি। অসোমদা অমুক্তা হংবীয়ু।"

য়ুমদু তম্না চঙশিল্লে। মীয়ায় চল্লবা নুপা অমনা ইংখোলগী নাপী শেংদোক্লুনা লৈ। ইংখোলদু য়াম্না পাক চাউই। কোবী ফৈদোম, মোরোক ফৈদোম, চুগী ফৈদোম পরেং পরেং লৈ। গুলাপ পাম্বী, কবোকলৈ পাম্বী খরসু শুমাঙগী চিদাইদা মফম চানা চানা হৌরি। ঈশিং পুশিনবগী পোলিথিন

পাইপ শাংনো তিংদুনা লৈ। য়ুমদুগী মনীংগী মখাথংবা কাচিন্দা গোবর গ্যাস প্লান্ট লৈ। বিজ্ঞান্না চাওখৎলকপগী খূদোল কয়া খুঙ্গং অদুদসু য়ৌরে হায়বগী খুদম ঙাকনি।

মতমদুদা প্রধানদি লৈরমদে। ঐনা খঙনীংলিবা ৱাফম অদুদি থংনবা য়ুমদা লৈবা অহল অদুনা খঙগনি  হায়না নুপাদুনা তাকপীরকই।

অহলদুদা ঐনা ইশাবু শক তাকচে ঐ ইবেমহলনি। সরাংথেম ইমুংদা য়ুমদাংদুনা লৈরম্বা থীকাদার গৌরাচান্দগী মচানুপীদুনি। অহলদুগী মায়-থোংদা নীংশিংবগী মমি তারকই। মানা নোকখি নোকখি তৌবদুদা মাগী ময়া তেকখিবদু উবা ফংই। মানা হায়—

"ও! নীংশিংলে, নীংশিংলে। নঙগী পাবুংগা ঐগদি য়াম্না মুন্না খঙনা চান্নবনিনে। ইবেম্মা নহাকপু করি তৌবা লাকপনো?"

"খুড়া অঙাংহল, ইনে লোইদাং, অতৈ মরূপ মপাং উন্ননীংদুনা লাকচবনি।"

"মখোয়দি শিখিবা কুইরেনা।"

"মচানুপা মনিতোম্বদি কদায়দা লৈখ্রে?"

"করি হায়নবু পাউদমসিগে ইবেম্মা। মহাক নম্বর ফোর চাবদগী হীদাক হেঞ্জিনবনি হায়। ময়াম চঙদুনা হোসপিতালদা পুখৎপনি। অদুবু য়াখিদ্রে।"

"এ! তা মনিতোনবু দ্রগ চারবা! ইপল, মফম অসিদবু নহাশিংনা নিশা শীজিন্নরব্রা?"

"ইবেম্মা চাওখৎলবনি হায়দুনা হৌজিক্তি লুহোংবগী পার্টিদা, মঙানি চাকৌবদা য়ু য়েন্নরেদা। অহল ঐখোয়দি য়াম্না হৈনদ্রবনিনে।"

"ইপল। খুড়া অঙাংহলনা লৈরম্বা ইংখোলদুবু কদোমদনো?"

"মাগী ইংখোলদু লৈখিদ্রে।"

"মদু করম্বনো?"

"মদু অসুম তৌবনি। খুঙ্গং চাওখৎনবা শেমগৎপগীদমক লম ওনবা লাকই। মানা লৈরম্বা ইংখোলদু খুলগী হান্না শীজিন্ন দনা লৈরম্বা মফমনি হায়। গাড়ী অরাংবী, অচৌবীদু লাক্কুনা মাগী য়ুমদু ইনথুবীখি, তকখায়বীখি। হৌজিক্তি মফমদু লৈকায়গী শান্নবুং ওইনা শেমখ্রে। মহাক মথরায় নুংঙাইমন্দদুনা য়ানথবদগী অদুম হৌগৎলকখিদ্রে।"

ঐগী থম্মোয়দা খাঙমদবা চৈনা অমা ফাওই। কপর্নীংবা লোৎশিন্দুনা অমুক হংই— "ইনেদুদি?"

"খুল অসিদা মাগী লৈফম লৈখিদে। জিরিদা মাগী মরী মতা লৈ হায়দুনা চৎখিবনি। অদুবু খরা লৈরগা মহাক শিখ্রে হায়বা পাউ অমা ফংখি।"

ঐনা খুড়া অঙাংহল, ইনে লোইদাংগীনি হায়না পুরকপা ফৈজোম, ইনফিদু অহলদুদা পীরমলে।

ঐনা চৎলমদাইদা নহা অমনা মাগী স্কুটরদু সেকেন্দ গ্যারদা কন্না উংখৎলদুনা শুমাঙ তম্না থৌজিল্লকই। গাড়ীদু থনম্লগা হাইরং হাইরং ইমুংদা চঙখি।

ঐগী মীৎয়েংগী প্নাউখুম ওইনা অহলদুনা ঐঙোন্দা— "য়েংউনে ইবেম্মা। মহাক অসি ঐগী অমত্তা পোকচবা ইচানি। গাড়ী লৈয়ু য়াদে হায়দুনা য়ুমদা কুইনা হঞ্জিল্লকতবদুদা খুড়াননে ঐগী লৌ শঙম অমত্তং লৈজবদু য়োম্বোক্কুনা মাগী গাড়ীসি লৈরুরিবনি। ○

# শুসিলাগী মরায়বক

মতৌলৈবীগী মপাম চাক্কৌবা নুমীৎতুদা মাগী মমান্নবীশিং ফজনা ফিজেৎ লৈতেংদুনা কেনা কেনা লাক্লখি। চাক ঙাইহিরিঙেদুদা মখোয় মশেল ৱারী মখল মখল শানৈ— সোফা, কাংথোল মরূপ লিংবদা য়াওনীংবা মী থিবগী, মরূপ য়াওবদা শেল হাৎখিবগী, বিউটি কনটেষ্টনচিংবগী।

নুপীগী য়াইফ থৌরাংদা থৱায় য়াওজবী তম্ফাইবেম্মনা হৌজিক মণিপুরগী নুপীশিংদা এইদস লায়না থুনা য়াঙনা শন্দোরকলিবসিদা নুপীশিংবু কন্ননবা করি তৌসিগে খন্নবা চুমলে অসিগুম্বা ৱারী শান্নবগী মহুত্তা হায়রকই। রমোনীনা তম্ফাইবেম্মগী ৱাদু শৌগৎলদুনা—

লোইনাইদ্রবা ৱারী

"উম, চুমই। এইদসকী ৱাফমসি লুশিল্লক্রবনি। ঙরাংগী খবরদা থেংন-খিবদুনি চহী কুম্ল্লামুক্তা ঙায়রিবা শুসিলা কৌবী নুপী অমা মশাদা এইদস পক্লে খঙবদগী হূ চাদুনা শিরে হায়বদায়।"

মীয়ায় চল্লবী নুপী অমনা মখোয়রোমদা ওনশিল্লগা "শুসিলা হায়বীদু ঐখোয়গী লৈকায়গী মৌনি। মহাকসি মরায়বক থীখ্রবা হায়বদুনি। পীক্লিঙৈদা মমা মপা কায়নখ্রবনি। মাগী নুপাদুসু ইকুই কুইদনা নোংমৈনা পান্দুনা শিখ্রবনি। লমচৎ ফজখ্রবী, শূ-নোম্বা কনখ্রবী নুপীদুবু করম্না এইদস পকই হায়রিবনো খঙদে। মনেম মকুনা লায়নাদুনা নারে হায়বদগী য়াম্না তাথী তাওইনা তৌবিবদুদা মথৱায় নুংঙাইতদুনা মদোম শিজবা ওইরমাল্লে।" ৱারী লোইফাৎত্রিঙৈদা—

"চাক তাকলে, চাক তাকলে" লাউনরকই। ময়ামদু ফুক ফুক হৌগৎনখ্রে। চাবদা পুক্লীং লূপশিন্নখ্রে।

এইদস কন্ট্রোল এন্দ রিহেবিলিটেসন সেন্টরদা সোসিয়েল ৱার্কর ওইরিবা বিনোদিনীদি শুসিলানা করম্না এইদস পকলকলিবনো হায়বদু থিজিনগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্তুনা হল্লকখি। বিনোদিনীগী মপুরোইবা ডাঃ সুকুমারসু এইদস কন্ট্রোল ক্লীনিকতা এইদস লায়নাগী মরমদা মথৱায় হকচাং য়াওনা থিজিল্লিবা মীশকনি।

ডাক্তরনা ক্লীনিকতগী হল্লকলবদা টেবলদা চা শেম্না শেম্না বিনোদিনীনা ৱা হৌদোরকই—

"ঙসি ক্লীনিকতা করম করম্বা কেস লাকপগে?"

"হান্নগী হান্নদুনি। ড্রগ কাপ্পা নুপামচা অমগী ঈ টেষ্ট তৌরমই।" ডাক্তর

সুকুমারনা খুমই।

"মণিপুরদা এইদস শন্দো কলিবসি হৌজিকপু ড্রগ কাপ্পদগীনি ঙাক হায়বা য়ারিব্রনে?" বিনোদিনীনা মখা চথরকই।

চা থক্না থক্না ডাক্তরনা খুমই—

"মদু য়াররোই। ড্রগ কাপ্পদগী লায়নাদুনা নারবা নুপামচাদু ঙাওশিন্নবা ফমবনি হায়দুনা মমা মপানা নুপী হেক হেক থিজিনবী। অসুম তৌবনা মরাল লৈজদবী নুপী কয়াদা এইদসনা নাহনবীবগী মরম ওইরবনি।"

"মশানা ড্র গ কাপ্পসু নত্তবা, ওক্তবা লমচৎ চৎপসু নত্তবা নুপী অমা এইদস পকলে হায়বদগী ইমুংগী মীনা, কৈরোয় লৈকায়না তাথী তাওইনা, তুক্কচনা য়েংবিবদগী ইকায়দুনা মদোম আত্মাঘাট তৌদুনা শিরে হায়বা পাউ তাবীরব্রা?"

বিনোদিনীনা পেৎথনা মখা হংজে।

"মাগী নুপাদগী লৌবা ওইরম্বসু য়াইনা।" তপ্না তপ্না ডাক্তরনা খুমই।

"মাগী নুপাদু এইদস পকপ্রা পক্তব্রা য়েংগদবসু নহারোল খূৎলায় পায়বগা সিক্যুরিটিগী মীশিংগা কাপ্পবদা নোংমৈ গুলীনা পান্দুনা শিখ্রে হায়। চুমই চুমদে খঙদনা নুপীদা হেক্তা মরাল শীবীবসি ঐদি য়াম্না নুংঙাইজদে।"

শিথ্রিবা নুপীদু করম্না এইদস পকখ্রিবনো থিজিনসি হায়না মখোয়নী য়ানখি।

মথংগী নুমীৎতা মখোয়নী চৎতুনা শুসিলা হায়বীদুগী মনেমবোক উন্নদুনা মহাক শিখিবদুগী অকূপ্পা মরম হংলুই।

মনেমবোকনা হায়রকই বিনোদিনীদা ওনশিন্দুনা— "ইবেম্মা! ঐসু য়াম্না নীংঙমদে। ইমৌদুনা শূ-নোমলগা অহল ওইরবা ঐখোয়বু থাকলমলিবনি।"

বিনোদিনীনা— "ইন্দোলদি করিগীদমক নমৌদুবু তাথীনা তৌবীরিব্বনো? মচা অসিবু মাগা চামীন থকমীন্নহন্দে, তুম্মীন্নহন্দে হায়না তায়। করিগীনো?"

"মাদি মীনা কিনখ্রবা লায়না এইদস হায়বদু পক্লে হায়। ঐগীদি ইশুনিনা থব্বায় ওইদুনা হিংজরিবনি। ইশুদসু লায়নাসি পকলক্রবদি করম তৌনি?"

"ইন্দোল। লায়না অসি চামিন থকমিন্নবা, লৈমিন্নবদা লৌনবা নত্তে। অদুগুম্না খনবা চুমদে। মাবু লায়নাসি পকলে হায়রিবু করম্ননো?"

"মহাক মকোক চীকই, লায়হৌ তৌই হায়দুনতা লৈ। মাগী ঈ য়েংলুবদা লায়নাদুগী মহীক চঙলে হায়। মীনদি ঙাঙনৈ— লায়না অসি লমচৎ কাম্বদগীসু শন্দোকই। শুসিলানদি নূং পেকপনি, জুগালি ওইবনি হায়দুনা পঙচৎ চৎলি। অদুদা করি করম তৌরিবা হায়দু খঙবা নত্তে।"

ৰারীদু তাবদা নুংঙাইরক্ত্রমাল্লে ডাক্তর সুকুমারদু তূমিন্না ফমদুনা লৈত্রে। হায়রকই— "লায়নাদু মানা মাগী নুপাদগী লৌবসু ওইথোকই।"

অহলদু ফ্রং শাউগৎলকই— "এঃ মদুদি করি ৰানো ইবুংঙো। শিখ্রবা ইচাদা মরাল শীবদি কদায়দগী য়াগদগে? ঐগী ইচা থোইবদি দ্রগ কাপ্পা মীসু নত্তে। নুপী নহাদা ওক্তবা নুপাসু নত্তে। মরম ওকখ্রবা, শান্ন-খোৎনবদা থৱায় য়াওবা ইচানি।" হায়রম্লগা ইমুংদা চঙখি। ফ্রেম চনবা ফোটো অমা পুদুনা থোরক্লগা হায়—

"তো, য়েংউদো ইবুংঙো! ঐগী ইচাগী মশকসি কয়াদা চমখ্রবনো? অসিগুম্বা নুপা অসিনা ওকতবা লমচৎ চৎলমগনি থাজব্রা?"

ফোটোদু উবদা ডাক্তর সুকুমারদা খঙনীং নীংশিংহল্লকখি— নোংমা

থোইবনা মাগী ঈ য়েংবীয়ু হায়দুনা ক্লীনিকতা লাকলম্বদো।

য়ুমদা হল্লক্লগা ডাক্তরনা বিনোদিনীদা তময় থোইবনা মঙোন্দা লীরম্বা ৱারীদো—

"ডাক্তর! ঐহাক ইন্টরভিয়ু অমা গৌহাটিদা চৎকদবনি অদুবু নুমীৎ অদুদা বসকী টিকেট ফংবা ঙমখিদে। থাগদৌরবা বসশিংদুগী নাক্তা নীংবা কায়না কংলা পার্কতা লেপ্তুনা লৈরিঙৈদুদনি মশক মতৌ ফজবী, মচীনবান ঙাঙনা শঙবী. খূনীং ৱাংবী খোঙউপ তোংবী, অনোক অমুবা উপ্পী, সাড়ি শেৎপী নুপী অমনা চঙশিল্লকলগা ঐঙোন্দা—

"তামো! তামোবু গৌহাটিদা চৎপীগদবা ওইরব্রা?

"হোয়, চৎকে তৌবনি। টিকেৎ ফংদ্রে— ঐনা খুময়।

"ঐগী টিকেৎ এক্সট্রা অমা য়াওরি। মসি লৌবীবা য়াগনি। ঐগা মরূপ অমগা চৎমিন্নগদবনি। অদুবু মহাক লাকত্রে। তামোগা খোঙবু ওইমিন্নরবদি ঐগীসু লাইবক ফবা হায়বদু ওইরগনি।"

ঐ অদু অদা হায়দ্রে। ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিরবনি খন্না বসতা কাখৎলে। ঐগা থংনন। নুপীদু ফমলি। অদুবু মহাক কদায়দা চৎলিবা. করিগীদমক হায়বনচিংবা থোইনা হংলুদে।

অয়ুক্তগী বসতা তোংলকপনি। খরা চৎলে চেক তৌবগীনি হায়দুনা হেক হেক কুমথহল্লি। খূৎ থাঙ্গৎহল্লি নুপামখৈ। খরা চৎলে মাশুল লৌবগীনি হায় বসতু খাময়। নুমিদাংৱাই য়ৌশিল্লকলে। কোরৌহনবনা নোংচুপ হারমদা লৈথরকলে। কোরৌ মশেক পাথরক্লে। ঙাঙ্গ্রানবা মশেক্তুনা বসতা অমুক অমুক

য়ৈরে। চীংনা নাকল অমা লোকচপনা নাকল অমা লৈবা থেক খোয় তৌবা ডিমাপুর লম্বীদুদা বসশিংনো লাপতক লাপতক চেল্লি। চীংনা থেকচিনখিবদা অমুক উবা ফংখিদে। লম্বীগী অতিংবা মতেক খরদা অমুক উই। চীংগী চীংমায় খরদা লাম্মে থাবগী মৈরী মৈখুসু মরক মরক্তা উই। উপাল রাপাল অয়াম্বা কোরৌগী মৈশা ফংদ্রবদা মনা লোইনা তুকথরক্লুনা কোরৌহনবদা বিদায় পীখরে।

ঐদি মহৌশাগী ফজবা, নীংথিবদসু পূক্নীং থিংজল্লুদে। ঐগী রাখল হায়ববু ইন্টরভিয়ুদুদা মায় পাক্লবদি থবক অমদি ফংলনি অসিতনি। হন্দক্তি ঐগী বি এ. গী সারটিফিকেট, শান্নবগী সারটিফিকেটশিং অসিদগী কান্নবসু ফংলনি। ইমা বাজিনা শোনজীল্লকপনে, ঐগী নুপীনা মশা লুমশীল্লকপনে হন্দক্তি ঐহাক শেল খরা নীংথিনা থোক্তবা য়াদ্রবনি।"

অসিগুম্বা রাফমশিংসিদা মওল মওল খল্লিঙৈ বসতু লেপলে। মখা চখবা য়াররোই হায়রে। বসতগী ময়াম কুমথনরে। অমনা অমদা হংনৈ— "কৈদৌরে? কৈদৌরে?"

"ডিমাপুরদা, সরকারগী ফম অচৌবা পায়বা মী অমা শকখঙদবশিংনা নোংমৈনা কাপশিল্লকপদগী শিরে হায়। মফমদুদা করফিয়ু থমখ্রেসু হায়"— অমনা পাউ তমই। ইম্ফালদসু হনবা ঙমদা, ডিমাপুর য়ৌবসু য়াদা— অদুদি ঐখোয় করম তৌনি? ময়ামদু ইপা পাখৎনৈ।

"ইশা ইশানা শোয়দনবা হোৎনবীরো। গাড়ীসিদদি লৈবীরনু"। বস মপুনা লাউরকই।

ঐহাকতি অদুগুমবা তাঞ্জাদুদা মশক মমিংসু খঙদবা নুপী অমগী দায়িত্তসু

পুদবা য়াখিদ্রে। মাগী থৌজালদগী ফংজরকপা টিকেট অদুনা ঐবু পুমফা ফাজিনবীখ্রে।

সাট মাইল হায়বা নাগালেন্দগী মফমদু ফাওবা খোঙনা চৎলে। অদুদা লৈবা হোটেল অমদা কা অমত্তদা নুপীদুগা ঐগা অহিং অহুম লেকমিন্নখি। কা অদুদা নুপীদু সোরারেনগী অপসারাগী শক্তম লৌরকখি।

চাদশিন্না চখোমজাও, য়েংদশিন্না মীৎলাওবী হায়দুনী। বাথরুমদগী থোরক্লগা অচোৎপা মশা মপান্দা তৈথোকই। মফিদু কোমদশিন্না কোমশিন্না, মথীক মথাদু উৎলি। মিংশেলদা চঙশিন্দুনা মকে শেমই। ঐগী ফমুংদা ঙেক ফমথদুনা নুংশি-নুংওল ইরাংগী ৱারী হৌরকই। মাগী শুমহৎ লাংদা ঐহাক থুরুরে। ইশানা ইশাবু ৱারকচবা ঙমখিদ্রে। মাগী মিহৌ মীৎচি লাংথাক্তা মীওই কয়া থুখ্রবা, লমচৎ নাইদবী নুপীনি হায়বা খঙলকখি।

ঐগী য়াওজরকপা পৈশাসু লৈহৌরে । ইন্টরভিয়ুসু য়াওরুদ্রে। লমচৎ মাঙলবা ঐহাক্না লমচৎ নাইদবীদুবু লোন্না হুন্দোকলমদুনা চেল্লকখি।"

"মাগী ৱারীদু লীরবা তুংদনি মানা ঐঙোন্দা মাগী ঈ টেষ্ট তৌবীয়ু হায়রকখিবদো"। ডাক্তরনা বিনোদিনীদা ওনশিন্দুনা হায়।

"অদুদগী করম তৌখ্রবা?"— বিনোদিনীনা লাংতকননা মপুরোইবদা হংজখি।

"করি তৌনি হায়বগে? মাগী ঈ ঐনা টেষ্ট তৌখি। মরায়বক থীবনি শুসিলাদু মাগী মপুরোইবা থোইবগী ঈদু এইচ আই ভি পোজিটিভ ওইখ্রবনি।" ○

# হোসপিতালদা তম্নরিবা ভূত

হোসপিতালগী অঙাংগী ৰার্দতনি। মদুদা পীক্লি পীক্লিবা অঙাং কয়া অমা লায়েংদুনা লৈ। ৰার্দ অদুদদি মতম অয়াম্বদা অঙাং কপ্পগী মখোল তায়। নারিবা অঙাংশিংদু খরনা মখোঙ মখূৎ তেকপগী বেন্দেজ য়েৎশিনবীদুনা থমই। পোলিওনা নাবদগী চৎপা ঙমদবা, খোঙহাম্বা লায়নানা নাবদগী য়ামফক তারবা, ময়াঙ কংবা, মশা শোনবা, মমীৎ লাওবা, কপ্পদা মখোল মেঙবা, কপখ্র গা থেম্বা য়াদবা অঙাং কয়ানি ৰার্দতুদা লৈরিবা।

ঐনা ইচা লায়েংবগীদমক ৰার্দ অসিদা লৈরকলিবসিনা থা অমা হেঞ্জিল্লকলে। থা অমরোমসিদা ঐহাক হোসপিতালদা থোকলিবা থৌদোক

ৱাথোক, চপ্থরিবা রুটিন ফনা য়াম্না খঙজিনবা ঙমলে।

নোংমগী রুটিন ওইনা অঙাং মচাশিংনা পুং নিপাল তাব্দা পুন্না হৌনদুনা কপখৎলকই। মখোয়না কপখৎলকপা হায়বদি অঙৌবা এপ্রোন শেৎপী, অঙৌবা কেপ উপ্পী নর্সশিং লাক্লে তাকপনি। মখোয়না ট্রোলী ঈন্দুনা খূৎসু খূৎলায় পুদুনা ৱার্দতা চঙলকই অঙাংশিংগী টেমপরেচর লৌনবা, হীদাক কাপ্পবা। মখোয়বু শোয়দনা য়েত্তুমনা থিন্দুনা নাহল্লগনি খঙবদগীনি অঙৌবা ফিজোল শেৎপীশিংদুনা চঙলকপদা অঙাংশিংদুনা কপলিবদু।

পুং মাপল তারমদাইদদি সিনিয়র নর্স লাকই। খোল কন্না হায়রে—"অনাবগী সেবা তৌবগী পাস পায়দবা মী মখৈ মপান্দা থোকখো। চাইরি খোৎলিবশিং অসি লোইশিল্লু।"

ৱার্দতা ডাক্তরনা অয়ুক্কী রাউন্দ চৎপা মতমদা নর্সশিংদুনা মতুং ইল্লি। অনাবদা পীজগদবা, কাপকদবা হীদাক, তৌবীগদবা সেবাগী মতাংদা পীবা ইনষ্ট্রকসনশিংদু ইশিল্লি।

ডাক্তর তম্বা ছাত্র ছাত্রীশিংনা ডাক্তরগা লোয়ননা সঙ্গু সঙ্গু লাকই। অনাবা অঙাংদুগী ফমুং নাক্তা চঙদুনা অঙাংদুদা নাহল্লিবা লায়নাদুগী মতাংদা ডাক্তরনা লেকচর শাংনা শাংনা তৌই।

ৱার্দতুগী নুমিদাংদা ওইরিবা ফিভমদুদদি পুক্নীং য়াম্না পীকশিল্লি। অহিং খরা থেঙজিল্লক্লবদা ডাক্তর, নর্সশিং পোথাখি। মরোল থোকত্রিবা, নারিবা অঙাংশিংদুগী অনা চৈনাখোলদি অহিং থেঙজিল্লক্লগা হেনগৎলকই। মচাগী অৱাবা উবদা মমাশিংদু তৌফম খঙজদে। মচা কপ্পা থেম্বদা মমাশিংদু

হেন্না ৱাজৈ। মচাবু পমখৎতুনা খোমলাং ইনজৈ।

শান্নপোৎ উৎতুনা খিঙদুনা অমুক থেমই। অদুন্না থেম্বদা য়াদবা অঙাংশিংদু মমানা পোখৎলী। ৱার্দকী কোরীদরদা কোয়চৎ চৎনা নাউশুম ঈশৈ শকই—

“থা থা থাবুংতোন

নচা মোরাম্বী পোবীগে

পোবী শনম নম্বীগে

হৈবোং চরোং অমত্তা

থাদবীরকউ থাবুংতোন।”

বার্দকী ফকলাংদা থেৎলিবা লাইশিং অমুক উহল্লি। পোলিও ভেকসিন পুথোকখিবা ডাক্তর, জর্ম, বেক্তেরিয়া পুথোকখিবা বৈজ্ঞানিকশিংগী ফোটোসু য়াওরি থেৎলিবদুদা। ফজবা দৃশ্য উৎপা অয়েকপা লাইশিং ফকলাংদা থেৎলিবদুগী মখাদা ইরি কবিতা মহৌশা লাইরেম্বীবু শৈথাবা।

পূন্নমকতু য়েংলগা মমাশিংনা তাইবং মপুদা ৱাকৎলি—

“পোকপা, শিবা হায়বসি হে ঈশ্বর নঙগী খুত্তা লৈ হায়বদাই। করিগী নহাক্না অসুক নুংশি হৈত্রিবনো? মশাগী অনাবগী মরমদা করিসু ফোঙদোকপা ঙমদ্রিবা, মরোল থোকত্রিবা অঙাংশিংদা করিগী অসুক ৱাহল্লিবা।”

“নাদুনা লৈরবা মহাক্তুদা য়েৎতুম থিনবী। হীদাক কাপ্পদা লেঙদনবনি হায়দুনা বারদা পুনশিনবীরি। থাঙ থাবীরি। সংসার অসিদা নহাক্না পোকহল্লগা করিগী কর্ম্ম তৌহল্লমদনা অঙাং কয়া অমা থুনা অমুক লৌশিল্লিবনা

করিগীনো ?”—ৱাকৎ কয়ানি মমাশিংগী।

ঐনা থামুক হোসপিতাল অসিদা লৈরিঙৈ মনুংসিদা তোঙান তোঙানবা সংস্থান অনীনা মখোয়গী দাবী তকশিনবগী বন্দ অনীরক কৌখ্রে। বন্দ নুমীৎতা হোসপিতলদা ওইরিবা ফিভমদি অৱাবগী মশক্কি। ডাক্তর নর্সশিং ৱার্দতা য়ৌরক্তে।

হোসপিতালদা লাকপা ডাক্তর অমা অনীদি বন্দ শৌগৎপশিংনা শো মুল্লগা পুখি হায়। অনাবা পুবা এম্বুলেন্স গাড়ীদা নুং থাজিল্লক্তুনা মনীংগী মিংশেলদু পুমকায় কায়খি হায়বসি মতুং নুমীৎকী খবরগী পাউদগী খঙবনি।

অকোনবগী বন্দদুদি নোংয়ায় অমদগী মথংগী নোংয়ায় অমা ফাওবা পুং কুনমরিগীনি হায়। নুমীৎতুগী সন্ধ্যা মতম য়ৌরকপদা ৱার্দকী ৱিং তংখায় অমা মৈ লাক্তে। মদু ফিউজ চাকপনা ওইরমগনি হায়নৈ। ইলেকক্ট্রিক মেকানীকতু হোসপিতালগী কেম্পস মনুংদা লৈ হায়। নুমীৎ তাদ্রিঙৈদা ফিউজদু শেমহলহৌনবা ঐনা মাবু কৌগে চৎলুই। মাগী ক্বার্টরদু শো লোনশিন্দুনা বন্দ তৌরমই। মোমবত্তি থান্দুনা নুমিদাংদু লেনখি।

মৈ লাকত্রবনিনা ঈশিংসু লাক্তে। ঈরু মায়থজফম, খোঙ হামফমগী মনমদুদি স্বর ফুনবজাৎনি। মদু পান্নরিবা নুপীদুনা ফনা কন্না লাউজৈ, শেন্নজৈ হায়দুনা করি তৌরুনি।

হোসপিতালদা অনাবা সেবা তৌরিবশিংদুগী চাননবা চাক ইনশাং য়ুমদগী হেক হেক থিন্নরকপনি। বন্দ তৌবনিনা মদুসু য়াদ্রে। কেমপস মনুংগী হোটেলদগী মমল ৱাংনা লৈদুনসু চানখি।

নুংথিলগী মতমদা অঙাংশিংনা পোত্থারিঙৈ, শান্নরিঙৈদা অঙাংগী মমাশিং, সেবা তৌরিবা অতৈশিং, অনাবা হংবা লাকপা খঙনা চান্নবা মরূপ মপাংশিংগা লোয়ননা ৱারী ৱাতায় শামিন্নে। অৱাবা শরূক য়ামিন্নদুনা পূক্নীং ৱাবা হল্পনৈ।

অনাবা হংবা লাকপা নুপী অমনা ৱারী লীবা হৌরকই—

"মহোয় বাবাদু হোসপিতালদা থা অমা লায়েংলবা তুংদা লৈখিদবনি। ঐনা মাগী সেবা তৌদুনা লৈরিঙৈদা অহিংদা হোসপিতালসিদা ভূত থোকইকো।"

অমনা হংলকই— "ইনম্মবু ভূততু থেংনখ্রবনে?"

"অং, থেংনখ্রে। অহিংদা অনাবা মনাক্তুদা ইদোম লৈরিঙৈদনি। ফমুং মখাদগী মখূৎ অনী শৎ থিনগৎলকইনিনে। ঐনা মৈখেৎ খেৎ খেৎতুনা কাগী মপানদা .লেকলিবা মী কৌশিনবদগীদি কদোমদনো মাঙখ্রে। মদুগী নুমীৎ নীনীগী তুংদনি নখোয় তাদনা লৈখিদবদো। মীনা মদু অশিবগী মথৱায় লৌবা লাকপা ভূতনি হায়নৈ।"

মমাঙঙৈদগী হৌনা মী কয়ানা ভূত লৈ লৈতে হায়বগী মরমদা য়েৎনদুনা লাক্লিবনি। অতোপ্পা নুপী অমনা ৱাপাংশল্লকই—

"মী শিরমদাইদা মথৱায় লৌবা প্রেত লাকই হায়বদি চুম্মীকো। ঐখোয় বাজিনা কন্না নাশিল্লকপা মতমদুদা ঐহাক ইপামদা লৈদুনা মতম খরা বাজিগী সেবা ফংহৌই। বাজিনা হয়েং লৈররোই হায়বা নুমীৎতুগী নুমিদাংদা ঐনা মপালদা থোকপদা মুশুক মুবা ৱাং চাউখ্রবা মূর্ত্তি অমা শুমাঙদা লেপ্পুনা লৈরম্বা

থেংনখি। ঐনা লালটেন থানগৎতুনা য়েংবদা কদোমদা চৎখ্রবনো অদুম মাঙখ্রে।"

ইবেমনীনা মহাক্না থেংনখিবদু অমুক হাপচিল্লকই— "হোসপিতালগী স্পেসিয়েল ৱার্দতা থোকখিবনি। ঐনা ইচা নাবগী লায়েংদুনা লৈরিঙেদনি। নুংদাংদা অনাবগা ঐগতা লৈবা তাঞ্জানি মফমদুদা য়ুমথক্তগী অকনবা শাফুগা লোয়ননা মী চোংথরকপগী মখোল অমা তায়। ঐহাক লৱাই লেমফূগী শম চপ য়ুংখি। অঙাং কপখৎলকপনে, মহোয় বাবানা হীদাক লৈরুবা হঞ্জিল্লকপনে মপা চান্নদুনা করি থোইদোকপদি থোকখিদ্রে।"

হোসপিতালদুগী ওপরেসন থেটর মপাদা অথেঙবা অহিংদা তম্নবগী ৱারী অমুক অমনা শমথরকই।

অনাবা অঙাংশিং কপখৎলকপদগী ৱারী মখা চখখিদ্রে।

অসুক কুইনা লায়েংদুনা লৈরকপসিদা ঐগী ইচাগী লায়ওং খঙবা ঙমদনা লৈরি। লায়হৌ অদুম হৌদুনা লৈ। মদু ফননবনি হায়দুনা ডাক্তরনা হায়বা মতুংইন্না নোংমদা হীদাক মরি মরিরক কাপ্পী। মফম হোংনা হোংনা পাম্বোমদা নীংজোলদা হীদাক কাপ্পী। মফমশিংদুদা য়েত্তুম মখুন ঙাক্তা লৈ। হীদাক কাপ্পদুদা ইচানা ৱাম্ব ৱাম্বনা কপ্পী। ঐনা তৌফম খঙদনা মপাল থোক্তুনা কপ্পী।

নুমিদাং অদুদি অঙাংগী টেমপরেচরগী চাংদু নুমীৎ খূদীংগী চাংদগী হেনগৎলে। মশাদু ফর ফর হাইরে। থৱায় ৱারদুনা ঐনা ডাক্তরগী পোথা কাদা থোঙ থীল্লুরে। ষ্টেথেসকোপ ঙক্তা য়াল্লদুনা ডাক্তরদু অনাবগী নাক্তা লাকপিরে। নর্সসু য়াওরকই। অনাবগী ওইরক্লিবা ফিভমদু য়েংলগা নর্সতা হীদাক অমা

কাপ্পবা শিন্নরমই।

“হীদাক লৈরুরগা ঐবু কৌরকউ” হায়রমই হীদাক্কী মমিং ইবা চেদু নর্সতুনা ঐঙোন্দা পীরকই।

অহিংদুদি থেঙজিল্লকলে। নোংয়ায় চবূক লাপ্লে। ঐ নত্তনা অনাবগী নাক্তা অতে কনাসু লৈতবা মতমনি। অনাবনা ফর ফর ওল্লীবা মতৌদুদা হীদাক লৈরম্নবা থাদোক্কুনা চৎপা ঙমদ্রে। অহিং অথেঙবদুদা ইতোমতা চৎপসু নীংজিং মাঙজিংনরে। অমরোমদনা ইচা নুংশিবগী মৈচাকনা ঐগী থম্মোয়দা অকনবা চৈনা পীরি। চৈনা অদুনা ঐঙোন্দা থৌনা হাপকৎলে। নর্সতা হায়জরে—

“অঙাং অসি অমুক্তা য়েংবিরম্মু। ঐ হীদাক অমুক্তা লৈজরুগে” হায়রল্লগা ঐহাক তপ্পা ত প্পা ৱার্দকী মপালদা থোরকই।

কদোমদগীনো খঙদে ৱার্দতুদা চাউর চাউরবা ঊচি ময়াম অমা মরী মরী কাখৎলকই। মথৱায় ৱারবা মমাশিংনা মচাবু ফহনবিনবা হোসপিতাল লাইরেম্বীদা কচ্চবা অথুম অহাউদু ঊচিশিংদুনা চাহৌই।

অয়ূক নুংথিলগী মতমদদি ৱার্দ অমগা অমগগী মরক্তা লৈবা কোরীদর অদুদা ফাওজিল্লগা দে এন্দ নাইট ফারমাসীদা হীদাক, গ্লুকোজনচিংবা লৈরুবা য়াবনি। অহিংদদি মদুগী লম্বীদুদা চৎপা য়ারমদ্রে। ফাওনফমগী গেটতুসু শো লোন্দুনা লৈরমলে।

মথক থংবা ফ্লোরদগী শিড়িদা কুমথরে। অদুগা নাকল অনীমক খাজিনবা কোরীদরদুদা চৎলি। মদু য়েৎলোমদা অমুক থেকই। লম্বীদুগী মতুং ইন্দুনা

অদুম চৎলে।

অহিংদুদা হোসপিতালগী অকোয়বদু ইচীক চীকই। কোরীদরগী মচী অমদা মৈরীক অমা উই। চঙশিনবদা মফমদুদা অহল অমনা বীড়ি চিংলদুনা উখোঙদা ঙাদুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মহাকতু ঐগুন্না মচাগী ৰাখলদা তৌফম খঙদ্রবা শোয়দনা ওইরমগনি খল্লি।

খরা চৎলগা ওপরেসন থেটর মপা য়ৌরে। মফমদু য়ৌবদা ঙসাই ৰারী শান্নবদা তন্নবগী ৰাদু খঙনীং নীংশিংই। খাজিল্লিবা ফকলাংগী অহোবা মরক মরক্তুদগী অঈংবা নুংশিৎ হু হু হুমজিল্লকই। লম্বীদুদা চৎনা চৎনা ক্রেক ক্রাক, ক্রেক ক্রাক লাউবা মখোল তায়। তুং হন্না য়েংই, কনা উদে।

চৎলিবা লম্বীদুগী অৰাং থংবা শরূকতুদি খরগা হেন্না মমই। নুংথিলগী মতমদসু অদোমদদি মী পংচৎ চৎনদবনি। অদোমদা হোসপিতালগী ষ্টোর রুম লৈ। মদুদা মীগী মূর্ত্তি, শরূ শয়াঙদুসু য়ান্দুনা লৈ। তেকখ্রবা খোঙ খুৎ শিন্দোক্লবা, হাপ্লবগী অশাবা খোঙ খুৎসু মদুদা থমই।

ঐহাক খোঙকাপ লাওনা লাওনা কান্দুনা মায়কৈ অদোমদা চৎপা হৌই। থাপলপ্পা হোসপিতালগী মপান্দা মী অমা অনী মৈ তীকতুনা লৈবা উই। ঐনা খল্লি— য়ৌদি য়ৌদৌরেদনা।

লম্বীদুগী তংখায় য়ৌশিল্লকপদা ৰাং চাউবা ফিমু শেৎপা মমায় মমীৎ খুমজিনবা মূর্ত্তি অমা হায়ফেৎ উখি। ঐ শ্বাই লাউই। ঙহাক লেপ্পী। খল্লী— ভূত হায়দু থোক্লেদনা। ঐহাক মাঙদা চঙশিনগদ্রা হন্দোক্কদ্রা খঙদ্রে। ইচানা অনাবগী মৈচাকনা ফর ফর ওলহৌরিবদু মীৎতা শঙ শঙ উরকই। অদুদগী

অনৌবা থৌনা লৌদুনা মাঙলোমদা চঙশিনবা হৌই।

তাঞ্জাদুদা হোসপিতালগী মৈ খঙমূৎ মূৎখি। অথাপ্পদা উরিবা মীনা মৈ তীকলিবা মফমদু তন্না অমম্বদুদা ঐনা মাঙলোমদা কন্না চেনবা হৌই। তুংদগী কনানো অমনা ঐগী ফি পায়দুনা চিংই। অদুদগী ঐবু তাপ ফাই। ঐনা কন্না লাউই— "মী হাংকদৌরে, মী হাংকদৌরে। কনা কনা লৈবগে?"

মৈ তীকলম্বা মীশিংদু মায়কৈ অদোমদা চেনশিল্লকপা মখোল তাখি। মখাদি করম তৌখ্রবগে ঐহাক জ্ঞান তাখিদ্রে। কেজুয়েলটিদা ঐনা জ্ঞান তারকপদা ঙকশমদা মাদুনা য়েংই। ঐগী সনাগী লীক মরীদু য়াওরমদ্রে।

# অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

**(ক) তম্নবা লাইরিকশিং— টেক্স বুক ওইনা ঃ**

(১) ***ফিজিকেল এডুকেশন ঃ*** ক্লাস বানগী—১৯৬১; ক্লাস থ্রীগী—১৯৮১; ক্লাস ফোরগী—১৯৮২; ক্লাস ফাইবকী—১৯৮৩; ক্লাস আইটকী—১৯৮৩; ক্লাস আইটকী (ইংলিস )—১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী—১৯৯১।

(২) ***অঙাংগী বিজ্ঞান***— ১৯৬৭; ***ভুগোল অনৌবা***—১৯৬৮।

**(খ) রিশার্চ পব্লিকেশন ওইনা ঃ**

ফিজিকেল এডুকেশন ইন দি স্কুলস অফ মণিপুর (ইংলিস)—১৯৮১;

ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস)—১৯৯১;

ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড স্পোর্টস (ইংলিস)—১৯৯২।

**(গ) সাহিত্যগী মচাক ওইনা ঃ**

খোমজিনবা বারেং (রেডিওদা ঙাঙখিবশিং)—১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেশন (নুপীশিংগী ) (বারেং)—১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (বারেং)—১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল—১৯৮৩; খঙনীংবশিংদো (অঙাংগী লাইরিক তাম্নবদা অনীশুবা মনা ফঙথ্রবা)—১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোই বারী)—১৯৯৪। কোম্বীং অপরেসন (বারী মচা)—১৯৯৬; নুপীগী য়াকায়রোল (বারেং)—১৯৯৭; কোরৌহনবনা ইরোম্নুংদগী খোংদোয়রকপা লমদমদুদা—১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা বারী (বারী মচা)—১৯৯৯।